# মণিপুরদা ইহান হানবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন।



জেনোরেল ইদিতর

মাহে পাকিসনা

**MANIPURDA IHAN HANBA SATYAGRAHA AANDOLAN**

(First Satyagraha movement in Manipur)

General Editor Rajkumar Maipaksana




অহানবা ফোঙবা : ১৯৯৬

মশীং : ১০০০

অফোঙবা : লোইতাম য়াইমা সিংহ<br>অমসুং<br>রাজকুমার দিলিপ সিংহ

ফংফম থোকপা : রাজকুমার দিলিপ সিংহ

মখুম : অরিবম জয়চন্দ্র শর্ম্মা

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ),<br>পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

মমল : লুপা ৪০/-

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরদা ইহান হানবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন হায়বা লাইরিক অসি "পব্লিশিং কমিতি ওন দি ফার্ষ্ট রসপোনসিবল গর্ভনমেন্ট মুবমেন্ট, ১৯৪৭" না ১৯৮০ গী নবেম্বর থা ফাওবদা ফোঙদোক্লবা ৱারেপ লৌনরম্বা অদু খুদোংচাদবা কয়াদগী ঙমখিদবনি। ঐবু পোকপিরম্বা রাজকুমার মাইপাকসনা সিংহনা লৈখিদ্রবা মতুংদা পাবুংনা ইথোকতুনা থম্বিরম্বা খুৎই লাইরিক অমগা ফোটো ব্লোকশিংগা কোম্লনা শ্রীলোয়তাম য়াইমা সিংহনা পীবিরকপদগী অৱাংপা খুৎই, ফোটোশিং অমসুং হাপচিনবা শরুক্কী মরি লৈনবা পমফ্লেটশিং খোমজিনজদুনা ফোঙদোকচবনি।

খুৎই ওইনা থম্বিরম্বদা, 'ভারতকী, মনুংদা ইহান হানবা সাবালক ভোটনা খনবা আইন সভা' হায়বা মতাং অসিমদি হিরম লমায়দা য়াওরম্লবসু খুৎই ওইনা ফংজদ্রে। মতাং অসি য়াওদ্রবদি লাইরিক অসি মপুং ফারোইদ্রা খনজবদগী শ্রীরাজকুমার ঝলজিৎ সিংহদা হংজরম্বদা তাকপিরকপা মতুং ইন্না হাপচিনজবনি।

পাবুংগা তিন্নরম্বা পুকচেল চাউরবা অহল-লমনশিং অসিগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মতাং কয়াদা পুক্নিং থৌগৎপীবা, খুৎইদা লৈরম্বা বনান চুমথোকপীবা অদুগা প্রুফ লৌবদসু অচৌবা মতেং কয়ারক পাংবিখীবদি ডাক্তর থোকচোম ইবোহনবী সিংহনি। মরুপকি লমন পুন্সী চুপ্পা তোনশিনজরে।

লাইরিক অসিদা, চিংখহৌবা, ৱাংহৌবা, অশোয়বা য়াওরবসু লৈবাক মীয়াম্না ঙাকপীগনি।

*এপ্রিল ১৩, ১৯৯৫* রাজকুমার দিলিপ সিংহ

# হিরম লমায়

# মণিপুরদা অহানবা নুপী লান

মণিপুর হায়বসি এলহৌঙেদগী নীংতম্না লৈরকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইরকপনা, খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তারিখ ২৭ তগী বৃটিশ সরকারগী মখা পোনবা লৈবাক ওইখি।

বৃটিশ শক্তি অদু মতম অদুদা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী মপাঙ্গন কনবা সম্রাজ্যবাদ নীতিবু লৌখৎপা মওং ওইরম্মী। পৃথিবী অসিগী শরূক অহুম থোকপগী অমদি মখোইগী মখাদা থমলম্মী। মণিপুর অসি মখোইনা ইকোন কোন্না লোইচনখিবা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমনি। অদুমকপু ভারততা বৃটিশনা লান অকনবা ইতৌ তৌদনা অমদি মখোইগী মাইয়োক্তা অচৌবা লান থেংনদনা মচেৎ মচেৎ লৌশিনখিবগী মওং অদুদি ওইখিদে।

পিক্লবা, মতিকচানসু নোংমৈ বোম তোপ লৈতবা মণিপুর ওইজরবসু, লৈবাক অসিগী নীংতম্বা ঙাক্লনবগীদমক মরৈবাক নীংবা, শিবা কিদবা সহিদ কয়াগী বলিদান তৌদুনা নীংতম্বা অদুবু কন্ননবা হোৎনবদা অকনবা লানফম কয়া শোক্লরবা মতুংদা বৃটিশকী হেন্না ফবা খুৎলাই অমসুং লাম্মীগী মতেঙনা মণিপুরগী লাম্মীশিংবু মাইথীবা পীখিবনি।

বৃটিশনা পানবা হেক হৌবা মতুং ইকুই কুইদনা জেনেরেল থাঙ্গাল অমদি যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎপু অতৈ মীশক অহুমগা লোইননা ১৮৯১ গী আগষ্ট তারিখ ১৩ দা বৃটিশকী মাইয়োক্তা লান তৌবগী দণ্ড ওইনা ফাঁসি তৌদুনা মীয়াম মমাঙদা হাৎখি। মখোইগী মাইয়োক্তা লান হৌবদা য়াওখিবা অতৈ কয়াবুসু ফাগৎতুনা অকনবা চৈরাক পীখি।

১৮৯১ দা থোকখিবা থৌদোক অদুগীদমক, মহারাজ কুলচন্দ্রবু গোলাঘাট

জেন্দা, মথংদা তেজপুর সেণ্ট্রেল জেন্দা থমখি। মমৈথংদা কলিকাতাগী আলিপুর জেন্দা থমখি। মফম অদুদগী অন্দামানগী জেন্দা (কালাপানিদা) থমখি। মতুংদা চহি অহুম লৈরগা কুলচন্দ্রবু বিহারগী হাজরিবাগতা নজর বন্দি ওইনা থমখি। (মণিপুর ইতিহাসঃ সনাহল সিংহ, বি, কোম)।

টিকেন্দ্রজিৎ ফাবিনবা ৱাকৎলুবা মহারাজ সুরচন্দ্রবুসু বৃটিশনা মণিপুর লৌরবা মতুংদা নিংথৌ ওইহনখিদে। নরসিং বংশগী চাউবীয়াইমনা পোকপা ইতোন তোনবা মচা চুড়াচান্দবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি।

মতুং খরা লৈরগা লম্বেন্দা কনাগুম্বনা ছাতিন খন্দুনা লাকপা উবা য়াদবা, ছাতিন মুল্লগা শগোন শাজৈনা ফুবা ক্রোফোর্দ কৌবা এসিষ্টেণ্ট পোলিটিকেল এজেণ্ট অমা লাকখি।

মহাক্না অসুন্না মীবু শাথিনা তৌবা অদুদা মরিন লৈবা মৈতৈমচা য়াওরক্তুনা, নোংমদি সাহেব অদু শগোন মথক্তগী চিংথুরগা, মাগী শাজৈ অদু মুল্লগা ফুখি। মতুংদদি সাহেব অদু মী ফুবা তোকখি। থিন্দনা মহাকপু মণিপুরদগী তাম্লোকখি।

বৃটিশনা মণিপুরদা পানবা হৌবদা, ইহান হানবা পোলিটিকেল এজেণ্টতি মীয়াম্না বড় সাহেব হায়না খঙনবা মেজর মেক্সৱেল হায়বা সাহেব অদুনি। মহাক্না নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোল ময়ুম পাল্লুরবী সনাতোম্বী লৌখি। মহাক্না মণিপুরগী ইহান হানবা সুপরিণ্টেন্দেণ্ট ওইনা লৈবাক ঙাকখি। খৃঃ ১৯০৪ দা মতম অদুগী ছুট সাহেবকী নৌনা শাগৎপা য়ুম অমা মৈ থাখিবগী ৱাথোক অমা থোকখি। মৈ থাখিবগী মরাল লৈবা মী অদু খঙবসু ঙমখিদ্রে অমদি ফাবসু ঙমখিদ্রে। অমরোমদনা, মীয়ামদা দণ্ডি মখল অমা পীখি। ইম্ফালদা লৈরিবা পুন্নমক য়ুমথোংগী ওইনা নুপা খুদিংমক্না য়ুম অদু অমুকহন্না শাননবগীদমক "উ, ৱা অমদি ই-নচিংবা পুখৎলক্কদবনি" হায়না সাহেবকী য়াথং তৌখি। মদু পুখৎলক্তুবদী ফাদুনা জেন্দা থমগদৌরিবনি। অসিগুম্বা মরম চাদবা অরানবা হুকুম অদুগী মাইয়োক্তা নুপীশিংনা হৌরক্তুনা য়ানিংদবা ফোঙদোকখি। অদুগুম্বা নুপীশিংতগী অন্দোলন অদুবু 'অহানবা নুপী লান' হায়না খঙনৈ। নুপীশিং অদু লুচিংখিবীশিংদি (১) ইরুংবম শমুজাউবী দেবী, (২) চাউবী দেবী অমদি (৩) লৈনৌ দেবী কৌই।

মখোইনা সাহেবকী হুকুম অদু লাল্লি, মরম চাদে হায়বগা লোইননা, মরান

লৈবা মীশক ফাবা ঙমদ্রগা, মরাল লৈজদবা মীয়ামদা চৈরাক পীবা য়ারোই, হুকুম ককথৎলু হায়না নুপী ময়াম্রা লাউখি। খ্বাইরম্বন কৈথেন কাবা লেপ্পুনা অকনবা অন্দোলনগী মওংদা চৎথখি। মদু অমরোমদা হায়রবদি মণিপুরদা ইহান হানবা অহিংসাগী পান্থে শীজিন্নবা, বৃটিশকী অরানবা রায়েনগী মাইয়োক্তা নুপীশিংনা লুচিংদুনা তৌখিবা অন্দোলন অমনি। মমৈথংদা সরকারনা হুকুম অদু লৌথোক্লুবসু, অদুম্বক চৎনহনখিদ্রে। অদুমকপু নুপা খরদি ফাখি। মখোইশিং অদুদি সর্ব্বশ্রী রাজকুমার মেগাজিন সিংহ, মতুম সিংহ, থাঙ্গোকপা সিংহ, কালা সিংহ (লোইতাম), চাউবা সিংহ অমদি চমু সিংহ অসিনি। মখোইবু মণিপুরগী মপান্দা থাখি।

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

খৃঃ ১৯৩৪ গী মেগী তারিখ ৩০ দা 'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা' হায়না কৌবা, মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চাউখৎহন্নবা হোৎনবা অমদি অতৈ সমাজগী য়াইফ-থৌরাং, শিক্ষা, মীয়ামগী অৱা-অনা তারকপা মতমদা তেংবাং পীবা অমদি সেবা তৌবগী থবক লৌখৎপা সংস্থান অদু লিংখৎখি। সংস্থান অদুগী ইহান হানবা সভাপতিদি মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহনা ওইখি।

## নিখিল মণিপুরী মহাসভা ওনখিবা

খৃঃ ১৯৩৮ দা নিখিল 'হিন্দু মণিপুরী মহাসভা' হায়বা অদুগী মহুত্তা 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা' হায়না থোনখি। চহি অদুগী চীংঙা মীফমদা লৈখিদ্রবা হিজম ইরাবত সিংহবু সংস্থান অদুগী সভাপতি খনখি। মতম অদুদগী হৌদুনা সংস্থান অসি রাজনীতিগী মাইকৈদা খোঙ থাংজিনবা হৌখি। মরম অদুনা মসি মণিপুরগী ইহান হানবা রাজনৈতিক দলনি হায়না লৌবা য়াই। মরম অদুদগী মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহনা মশামক সংস্থান অদুদগী তোকখিবগা লোইননা, মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী অমত্তা 'নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী' সদস্য ওইবা অমদি য়াওবা য়ারোই হায়না থিংখি।

মতম অদুদা সরকারগী কর্ম্মচারী অমা ওইনা লৌরুংশংদা থবক তৌরম্বা, লৈখিদ্রবা এলাংবম তোম্পোক সিংহনা ইহান হান্না সরকারগী থবক থাদোক্লুনা,

মীয়ামগী সেবা তৌরিবা সংস্থান অদুগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। মদুগী মতুংদা মণিপুর সদর পঞ্চায়গী মেম্বর ওইরম্বা, হিজম ইরাবত সিংহসু ফম থাদোকখি। লোইননা মহাক্না হান্না শীজিন্নরম্বা বিলাতি ফি-রোনশিং অদু মীয়াম মমাঙদা মৈ থাদোক্তুনা, মৈতৈরং শেৎপা অমদি গান্ধী তুপী উপ্পা হৌখি।

নিখিল মণিপুরী মহাসভা অসিনা সমাজগী, ধর্ম্মগী অমদি শাসনগী ফত্তবা মওং কয়া অমদি মরমচাদনা মীয়ামদা ওৎ-নৈবা পোৎলুম লৌথোক্লবগী মখল মখলগী অন্দোলন তৌখি অমদি কর্ম্মি কয়া জেলদা চঙখি।

মতম অদুদা মীয়ামগী মথক্তা নৈরম্বা পোৎলুম খরদি মরুওইনা (১) চন্দোন শেনখায়, (২) য়ারেক শন্ত্রি, (৩) অমিন পিয়োন্নচিংবগী চাকথাক খুঞ্জাশিংবু নমদুনা পিহনবা (৪) পোখাং নৎত্রগা বেগার (নমদুনা সরকারগী পোৎ-চৈ পুহনবা) অমদি (৫) দোলাইরেং পুবা (মহারাজ নৎত্রগা সরকারগী অচৌ অশাংশিংনা অরাপ্পদা চৎপদা মীয়ামদা নমদুনা দোলাই পুহনবা) অসিনচিংবা অসিনি। শেনখাইশিং অদু খাইহনবদা অমদি থবকশিং অদু তৌহনবদা, নমদুনা অমদি অৱামন পীদনা দণ্ডিগী মথক্তা তৌহনবা ঙাক্তনি। তেরা পাম্বী হৌবগী খাজনা লৌবগী মাইয়োক্তা য়াস্ত্রোকপগী থবক লৌখৎখি। নিংথৌনা মাংই হায়না ইস্ত্রোকপশিংগা মহাসভাগী কর্ম্মীশিংগা তিন্নে অমদি পোৎলোইহন্দবা কয়া পোৎলোইখি। অসুন্না নিংথৌগী অমদি সরকারগী অকায়বা থৌশীল অমদি হুকুমগী মাইয়োক্তা মহাসভানা অকনবা থবক কয়া লৌখৎখি অমদি পোৎলুমশিং অদুবু লৌথোকখিনবা দাবী তৌখি।

## মণিপুরদা অনিশুবা নুপী লান

খৃঃ ১৯৩৯ গী ওক্টোবর-নবেম্বর থাদগী হৌদুনা মণিপুরদা ফৌ-চেংগী ফিভম ফৎখিদে অমদি মমল হেনগৎপা হৌখি। দিসেম্বর থাদদি হান্না ফৌ সংবাই অমদা মখাই (হায়বদি লুপা অমগী তংখাই) পীরম্বদগী লুপা অমা য়ৌখি। মমৈথংদা লুপা তরেৎ ফাওবা য়ৌখি।

ফৌ-চেংগী মমল খংহেন হেনগৎখিবগী মরম খরদি মণিপুরগী মপান্দা চাং হেন্না চেং থাদোকখিবা অমদি লল্লোনবা কারবারৱালাশিংনা ফৌগী মমল হেন্না

পিশিল্লগা ফৌ খোমজিন্দুনা পৈশিন্নবা হোৎনবদগী কৈথেন্দা ফৌ-চেং ফংহন্দবা অসিনি। হাকথেংনবা মরমদি নত্তবা অতোপ্পা মরম অমনা চহি অদুগী মমাঙদা মণিপুরদা ঈচাউ থোক্কুনা মহৈমরোং য়াম্না মাঙখিবা অদুনি।

ফৌ-চেংগী মমল অসি হান্না লৈরম্বা মওংদগী শরুক অনি ওইরক্কুনা তাংখৎলকপদা খ্বাইদগী হেন্না অকনবা চৈনাখোন অমদি চৈথেং ফংলিবদি লাইরবা, খুৎনা থবক শুজরগা চাবশিং অমদি কৈথেন ফম্বা ইমা ইবেনশিং অসিনি। সহর অমদি খুঙ্গংগী মীয়াম ঙমখৈ লৈতনা অৱাবা নংখি।

মীয়ামগী অসিগুম্বা অৱাবা ফিভম অসি থোক্লকপদগী থোইদোক্না মরুওইনা ইমা ইবেনশিংনা খাংদুনা লৈবা ঙমখিদে।

মরম অদুদগী নুপী ময়াম হৌরক্কুনা অন্দোলন তৌবা হৌখি। লালহৌ অদুবু 'নুপী লান' হায়না খঙনখি। অদুবু ইতিহাসকী ওইনা য়েংলগা 'অনিশুবা নুপী লান' হায়বা তাখি। অন্দোলন অদুগী মরুওইবা দাবীশিংদি (১) মণিপুরগী মপান্দা ফৌ-চেং থাবা থিংবিয়ু, (২) ফৌ তক্লবা কোল মখৈ থিংজিনবিয়ু হায়বসি মণিপুর সরকারদা অমদি মহারাজদা হায়জবা অসিনি।

মতম অদুদা ফৌ তক্লবা কোল লৈবা অসি মরৱারি লল্লোনবা কস্তুরিচান্দ অমদি থাংজম লৈকাইগী থাংজম তৌলচৌ সিংহ, মখোই অনিতনি। কোল অনি অদু ফৌ তকপা থিংননবা নুপীশিংনা দাবী তৌখি।

'সনা কৈথেন' হায়না খঙনরিবা খ্বাইরম্বন কৈথেন, পুলিশ লাইনগী কৈথেন, শীংজমৈ কৈথেন অমদি হৈরাংগোইথোং কৈথেন অসিনচিংবা কৈথেনশিং পুমলেপ লেপখি। মরুওইনা অন্দোলন অদুবু লূচিংখিবা অমদি শরুক য়াখিবা অয়াম্বদি কৈথেন ফম্বী ইমা ইবেনশিং অদুনি। নুপীশিংনা সনা কৈথেন্দা অহিং লেক্কুনা লৈরগা, খ্বাইরম্বনগী ময়াং দুকান্দারশিংদা লোন্না ফৌ তাইরবশিং ষণগাড়ীৱালা কয়াবু থিংখি। মতম অদুগী বড়সাহেব (পোলিটিকেল এজেন্ট) জিমসনগী মফমদা চৎলগা ফৌ তক্লবা কোল তকহন্দনবা দাবী তৌরুই। মহাক মশামক্না লোইননা কোল লৈবা মফমশিংদা ইমা ইবেনশিংনা চৎলগা কোল থিংহনখি।

মরৱারিশিংনা ফৌ-চেং ৱানবা থিংবা অমদি ফৌ তকপা থিংবা অদুতনদি মমল হোংদোকলক্তবা মরমনা মণিপুরগী মপান্দা ফৌ-চেং থাদোকপা থিংননবগী

অকনবা দাবী তৌখি। মতম অদুদা মণিপুরগী মহারাজ চুড়াচান্দ মণিপুরদা লৈতে, নবদ্বিপতা লৈরম্মী।

## নুপীশিংগী ঈ তাখিবা

মরম অদুনা নুপী ময়াম্না মণিপুর ষ্টেট দরবারগী লোইশংদা চত্তুনা চেং থাদোকপা থিংননবগী দাবী তৌখি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৩৯ গী দিসেম্বর তারিখ ১২ নি। মখোইনা মতম অদুগী ছট সাহেব (প্রেসিদেন্ট, মণিপুর ষ্টেট দরবার) টিঃ এঃ সার্প কৌবা সাহেব অদুদা, রাফম অদুগী মরমদা মহারাজদা তেলিগ্রাম তৌননবা তকশিনখি। ময়াম অদুনা মহাকপু ফাদুনা তেলিগ্রাফ ওফিসতা পুরকলগা নবদ্বিপতা মহারাজগী মফমদা ময়ামগী দাবী অদু তেলিগ্রাম তৌহনখি। অদুবু খুদক্তা পাউখুমদি ফংখিদে

অসুন্না নুপী ময়াম্না ছট সাহেবপু তেলিগ্রাফ ওফিশতা কোয়শিন্দুনা থমলিঙৈ মরক অদুদা ওফিশ মমাঙদা আসাম রাইফলসকী সিফাই খরা সঙ্গিন পানবা নোংমৈ পায়দুনা শক্তি তৌখি। মতম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা মীয়াম মরক্তগী চেকতুম নুংদুম লংশিল্লক্তুনা তেলিগ্রাফ ওফিসকী মীহুৎথোংনচিংবা থুগাইরকপদগী সিফাইশিংনা মনাক্তা লৈবা নুপীশিংবু সঙ্গিন্না চার্জ্জ তৌখি।

চেং খুয়া অমগীদমক ইমা ইবেনশিংগী ঈ খুজোক কয়াগা শিন্নখি, মৈতৈ নুপী কয়াগী ঈ মালেমথক্তা তাখি। চেং হোংহল্লু হায়বগী মহুত্তা শঙ্গিন ওইনা পীখি। নুপী কয়া শোকখি, অমনা য়াম্না শাথিনা শোকখি। ইমা ইবেনশিংবু শঙ্গিন্না থিনখ্রবা অদুগী মতুংদা অতৈ নুপা ময়ামসু অন্দোলন অদু য়াওশিনখি।

## প্রজা সম্মেলণী

অসুন্না লৈবাক্কী ওইনা অৱা-অনা থোক্রবা মতম অদুদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মনুঙদগী 'প্রজা সম্মেলণী' কৌবা রাজণীতিগী ফ্রন্ট অমা শেমদুনা অন্দোলন অদুগী মখা তাবা থবক পায়খৎখি। ইম্ফালগী পুলিসলেন কৈথেন মনাক্তা নুমিৎ খুদিংগী নুংদাংৱাইরমদা মীয়ামগী মীতিন তৌদুনা নুপীশিংদা শঙ্গিন্না থিনখিবা অমদি অতৈ দাবী পিদবা অদুগী মাইয়োক্তা প্রতিবাদ তৌখি।

দিসেম্বর তারিখ ১৩ দদি মহারাজগী য়াথং ফংদুনা পোলিটিকেল এজেন্ট,

জিমসনগী তরফতগী মণিপুরদগী চেং থাবা থিংনবগী হুকুম থোকখি। মদুগী মতুংইন্না মতম খরা চেং থাবা থিংখি।

'নুপী লান' অদুদা মরুওইনা লুচিংবগী শক্তম লৌখিবশিং খরগী মিং — বামোন চাউবীতোন দেবী, লোইতাম ওংবী তোম্বী মচা দেবী, খম্বী দেবী, মোংজম ইবেমহল দেবী, রাহেংবম ওংবী তোংগৌ দেবী অমদি কবোকলৈ অচৌবী দেবী অসিনি।

শঙ্গিন্না শোকখিবশিং

১। খুমুকচম ওংবী য়াইমবী দেবী, নোংমৈবুং (লাইবক্তা থিনবা)

২। বাচস্পতিময়ুম নিংঙোল লক্ষ্মি দেবী, খাগেমপল্লি

৩। নোংথোনবম নিংঙোল ঙাংবম ওংবী অঙাংজাওবী, রাংখৈ খুনৌ

৪। খুন্দ্রাকপম ওংবী চাউবী দেবী, ক্বাকৈথেন

৫। লাইরিকয়েংবম ওংবী চাউবী দেবী, লাইরিকয়েংবম লৈকাই

৬। খাইদেম ওংবী তোলহাইবী দেবী, নানবম চুথেক

৭। শৌগ্রাকপম ওংবী থম্বাল দেবী, তেরা কৈথেন

৮। গুরুময়ুম পিশক দেবী, খোংমন মংজিন

৯। সেরাম ওংবী পিশক দেবী, চেক্কোন

১০। শৌগ্রাকপম নিংঙোল অমুবী দেবী, লিরা পুখ্রিমপান

১১। ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী অনৌ দেবী, ক্ষেত্রি লৈকাই

১২। লৈহাউথাবম ওংবী ইবেমপিশক দেবী, নোংমৈবুং

১৩। নাউরেম ওংবী থোৎনু, হৈরাংগোইথোং অসিনচিংবা।

প্রজা সম্মেলনীগী লুচিংবা অদু হিজম ইরাবত সিংহনা ওইখি। মমৈথংদা মহাকপু ফাদুনা বিচার তৌরগা চহি অহুম ফাদোক থম্বগী দণ্ড পীখ্রবা মতুংদা অন্দোলন অদু নেমথখি।

অহানবা নুপী লান অদু বৃটিশ সরকারগী মরম চাদবা অরানবা রায়েনগী হুকুমগী মাইয়োক্তা নুপীশিংনা হৌরকপা অন্দোলন্নি। অনিশুবা নুপী লান, ফৌ চেং মরম চাদনা তাংলকপদগী, শেন-থুমগী অরাবা চৈথেংগী মাইয়োক্তা হৌখিবা অন্দোলন্নি। চপচাবা ভারত নীংতম অন্দোলনগী শরুক অমা ওইনা নত্রগা রাজনীতিগী পন্থুং অমা তানবগী অন্দোলন্দি ওইখিদে। অদুমকপু মণিপুরগী ওইনদি অন্দোলন অনি অসি ভারতকী নীংতম অন্দোলনগী মনুংদা থোকখিবা মরুওইবা তাংকক ওইখিদবদি নত্তে।

## অনিশুবা পন্দুপ

# মণিপুরদা কংগ্রেস লিংখৎপা

নুপীলান নেমথখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী রাজনীতিগী উংখৎনরম্বা ইরাংসু ময়েং খরা হুন্থখি। অদুবু অনৌবা ঈহৌগী শাফু অদুদি মীয়ামগী ব্লাখলদা লৈনখি। থোইদোক্লা রাজনীতিগী চেত্তনা অমা পোকখ্রে।

**মণিপুরদা অনিশুবা লাঞ্জাও ঃ** খৃঃ ১৯৪২ গী মে থাগী তারিখ ১০ দা মণিপুরদা ইহান হান্না জাপান্না ইম্ফালদা বোম থাদখি। মদুগা লোইননা মণিপুর অসি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাউগী অচৌবা লানফম অমা ওইখি। লানফম অমা ওইবগী ঙমখৈ লৈতনা মীয়ামগী অৱা-অনা, অশি-অশোক নংনখি।

**আইঃএনঃএঃ**

মতুংদা খৃঃ ১৯৪৩ দা নেতাজী সুভাশচন্দ্র বোসনা জাপানগী লানফা ওইখ্রবা ভারতকী লাম্মী লিশিং নিফুরোন্না শেম্বা আজাদ হিন্দ ফৌজ (আইঃএনঃএঃ) গী সুপ্রিম কমান্দর ওইদুনা আজাদ হিন্দ সরকার শেমদুনা জাপানগী মতেং লৌরগা ভারতপু বৃটিশকী মখুত্তগী হন্দোক্লবা খুৎলাই পায়বা লান তৌবা হৌখি। সরকার অদু জাপান্নচিংবা লৈবাক তরেৎনা শক খঙখিবনি। সরকার অদুনা বৃটিশ-অমেরিকাগী অপুনবা শক্তিগী মাইয়োক্তা লান হৌরে হায়না ওক্টোবর তারিখ ২৩ দা "দিল্লি চলো" হায়বা খোল্লাউগা লোইননা ফুজিনখি। থিন্দনা বর্ম্মা য়ৌখি।

মতম অদুদা মণিপুরদগীসু থোকচোম অঙৌ সিংহনা লুচিংদুনা নুপী অনিগা লোইননা মী ১৩ রোন্না রেঙ্গুন তান্না খোঙনা চৎলগা নেতাজীগা উন্নদুনা আইঃএনঃএঃ দা য়াওরুই। নেতাজীনা লাম্মীশিংগা লোইননা অচৌবা মীতিন অমদা মৈতৈমচাশিংবু ওক্কুনা 'ভারতকী মী থুংলরে' হায়না মতিকচানা ইকাই খুম্নবা উত্তুনা

ময়ামবু পুক্লিং থৌগৎখি। মৈতে মচাশিং অদুনা ইন্টলিজেন্সকী থবক তৌখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী এপ্রিল তাং ১৮ দা আজাদ হিন্দ ফৌজগী কর্নেল মাল্লিকী মখাদা লাকপা লাম্মীনা জাপানগী লাম্মীশিংগা লোইননা মোইরাং লৌদুনা, ভারতকী লমদা ইহান হান্না নীংতম্বগী ফিরাল চিংখৎখি।

পল্লেল মাইকৈরোমদনা তেংনৌপলদা আজাদ হিন্দ ফৌজগী দিবিজনেল হেদক্বার্টর্স শেমখি। মফম অদুদা, মণিপুর অসি, আজাদ হিন্দ ফৌজনা মপুংফানা খুৎ চল্লবা মতুংদা, গবর্নর ওইগদৌবা কর্নেল চেতর্জ্জী লৈরম্মী। ককচিং, খোংজোম ফাওবা তকশিনখি।

অপুনবা আই, এন, এ অমদি জাপানগী লাম্মীশিংনা ইম্ফালদগী মাইল তরেৎতা লাপ্পা নম্বোল কৈথেন ফাওবা তকশিনখি। অদুমকপু নোংজুথা লাকপদগী নেতাজীনা লান্নিং হন্দোক্লবা হুকুম তৌরকপদা, অনৌবা লাঞ্জং অমগী শেমশাবা ওইনা লান্নিং হন্দোকপা তাখি।

মরক অদুদা, খৃঃ ১৯৪৫ গী আগষ্ট তাং ৬ তা জাপানগী হিরোসিমা অমদি তাং ৯ দা নাগাসাকি কৌবা সহর অনিদা আমেরিকানা ইহান হানবা ওইনা এতোম বোম অমমম থাদখি। মদুদা পুন্না মী লাখ মঙারোম শিখি। মরম অদুদগী জাপানগী নিংথৌ হিরোহিতোনা লান তোক্লুনা বৃটিশ অমেরিকাগী অপুনবা শক্তিদা চংজখি। মদুগা লোইননা অনিশুবা লাঞ্জাও লোইশিনখি।

লান লোইখিবগা লোইননা ইম্ফাল থাদোক্লুনা অনকপদা অমদি অরাপ্পদা লান চেন্নখিবশিং অদু য়ুম য়ুমদা হঞ্জিন্নরকতুনা নৌনা অমুক য়ুম লিংবা হৌনখি। লান্নুং অদুদদি আই এন এ দা য়াওখিবা অমদি মোইরাং মাইকৈদা মীয়াম্না মুন্না খঙনা মতেঙ পাংখিবা অদু নত্তনা রাজনীতিগী থবক অতৈ তৌখিদে।

খৃঃ ১৯৪৬ হৌরকপদগীদি মণিপুরদা রাজনীতিগী অনৌবা য়াকাই অমা লাকখি। থোইদোক্লা মরুওইনা ছাত্র ছাত্রীশিংগী অমদি নহারোলশিংগী মরক্তা অকনবা রাজনীতিগী ভাব তারকপা ঈথক অমা কন্না লাকখি। ভারতকী নিংতম অন্দোলনগী ৱারী খঙনরকপা অমদি আই এন এগী "করেঙ্গে য়া মরেঙ্গে" (থবক পাংথোকপা নত্রগা থৱাই থাদোকপা) খোল্লাউগা লোইননা অঙকপা ফংলবা বলিদানগী অকুপ্পা ৱারোন খঙনরকপদগী নীংতম্বা পাম্বগী অনৌবা ঈনোৎ অমনা

মণিপূরগী মীয়ামগী পুকনিংদা কন্না য়ৈখি। ঈনোৎ অদুনা মণিপুর ছাত্র ফেদেরেসন কৌবা ছাত্রশিংগী সংস্থানদসু য়ৈদুনা মণিপুরদা অনৌবা রাজনীতিগী ঈহৌ হৌহনখি। ঈহৌ অদুগী ঈপোমনা মীয়াই চল্লবা অমদি নহারোল কয়াগী ব্রাখন্দসু চঙখিদুনা রাজনীতিগী য়াওন অমা লাকখি।

মতম অদুদা লান মমাঙদা লৈরম্বা, নিখিল মণিপুরী মহাসভা অমদি প্রজা সম্মেলনি থোইনা মপাঙ্গন কল্লমদে, নীংথিনা সংগঠন তৌবা ঙমদে। অমরোমদনা ইরাবতনা সিলেট জেলদগী কম্যুনিষ্ট ওল্লক্লুনা, জেলদগী থোকলকলগা মণিপুরদা প্রজা সংঘ, অমদি কৃষক সভা রাজনৈতিক দল লিংখৎলকলে, লোইননা মহিলা সমাজ অমদি ছাত্রগী ফ্রন্ট শেমগৎখ্রে।

ছাত্র ফেদেরেসনবুসু কম্যুনিস্টকী ফ্রন্ট ওইহন্নবা হোৎনরকপদগী মদু পামদবা ছাত্রশিংনা সংস্থান অদু মণিপুর ষ্টেট ছাত্র কংগ্রেস হায়না ওম্লোকখি। অদুমকপু কম্যুনিস্ট ছাত্র খরনা ফেদেরেশন ওইনা লৈহৌই।

## মণিপুরদা কংগ্রেস লিংনবগী প্রস্তাব

বৃটিশনা ভারত্তা নীংতম্বা পীননবগী থৌরাং লৌকৎলকপগী মওং অমা লাক্লবা মতম অদু ফাওবদা মণিপুরদদি অকনবা অমদি মীয়ামগী শৌগৎপা ফংলবা রাজনৈতিক দল লৈতবা অদুগী অৱাৎপা অমা নহারোনশিংগী থমোইদা কন্না ফাওখি। মণিপুরদা কংগ্রেস কৌবা সংস্থান অদু লিংখৎপগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বসিসু কন্না খন্নরকলে।

মণিপুরগী রাজনৈতিক দল অহুম (১) নিখিল মণিপুরী মহাসভা (২) প্রজা সংঘ অমদি (৩) কৃষক সভা অসি পুনশিল্লগা নহারোনশিংসু য়াওশিন্দুনা মপাঙ্গল কনবা অপুনবা রাজনৈতিক দল অমা শেম্বা অসি নহারোন ময়াম্না কন্না পামখি। মখোইগী মনুংদগী (১) শ্রীরাঃকুঃ প্রিয়োগোপালসনা (২) শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহ (৩) শ্রীনোংমাইথেম সুধীর সিংহ (৪) শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহ (৫) শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহ অমদি (৬) শ্রীরাঃকুঃ মাইপাকসনা – নহারোল তরুক অসিনা সংস্থানশিং অদুগী মীহুৎশিং তিন্নদুনা অপুনবা রাজনৈতিক দল শেম্নবা বাত্তন তৌখি।

## কংগ্রেস লিংখৎপা

খৃঃ ১৯৪৬ ওক্টোবর তারিখ ৪ দা এরিয়ান থ্যেটর হোলদা মীয়ামগী মীতিন অমগী মমাঙদা রাজনৈতিক দল অহুমগী অমদি নহারোলশিংগী মীহুৎশিংনা মণিপুরদা কংগ্রেস সংস্থান লিংখৎনবা ৱা খন্নখি।

## মীহুৎশিং

১) নিখিল মণিপুর মহাসভাগী – শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ, শ্রীযোগেশ্বর সিংহ অমসুং শ্রীতোম্পোক সিংহ।

২) প্রজা সঙ্ঘগী – শ্রীইরাবত, শ্রীভূবনসনা অমদি শ্রীঅঙ্গো সিংহ।

৩) কৃষক সভাগী – শ্রীমধুমঙ্গল সিংহ, শ্রীলৈরেন ডাক্টর অমদি শ্রীকাহ্নাই সিংহ।

৪) নহারোনগী মাইকৈদগী – শ্রীয়ুন্নাম খোইমচা সিংহ, শ্রীইন্দ্রমনি সিংহ অমদি শ্রীমাইপাকসনা।

মণিপুরদা কংগ্রেস কৌবা রাজনৈতিক দল অমা শেম্বগী ৱাফম অদু মত অমত্তা ওইনা য়ানখি। মণিপুরদা লৈরিবা রাজনৈতিক দলশিং অদু পুল্লগা সংস্থান অদু শেম্বগী মওংসু য়ানখি।

অদুবু, দল অসি শেম্নবা মতুংদদি কনাগুম্বা হান্না ভরতকী রাজনৈতিক দল অতৈদা য়াওরম্বা লৈরগদি, মদু থাদোক্লবা তাবগী ৱাফম অমা খন্নখি। মতাং অদুদা থোইদোক্না মরুওইনা শ্রীইরাবত সিংহগী ৱাফম লাকখি। মদুগী মরমদি ময়ান্না খঙনরব্বা, মহাক্তি ভারত কম্যুনিস্ট পার্টিগী সদস্য অমা মতম অদুদা ওইরিবনি। মদু তোকপপ্পী ৱা হৌদোকলকপদা মহাক্না হায়খি, মীতিন অদুগী মমাঙদা পাঙথোকখিবা প্রজা সঙ্ঘগী কৈশামথোং মীফমদা মহাক্না "ঐদি করিগুম্বা দল অমত্তদা য়াওদ্রে হায়না লৌবিয়ু" হায়খ্রবনি। ৱাফম অদুগা মরী লৈননা বোম্বেগী কম্যুনিস্ট পার্টিগী হেদ ওফিশতগী থারকপা চিঠি অমা মীয়ামদা পাথোক্লবা শ্রীযোগেশ্বর সিংহনা প্রস্তাব অমা তৌখি। চিঠি অদুমক্তি, মাইপাকসনানা কম্যুনিস্ট পার্টিদা শ্রীইরাবতকী মরমদা হংবা ৱাহং খরগী পাউখুম য়াওবা চিঠি অমনি।

চিঠি অদুদা ইরকলিবা ৱারোলশিং অদু শ্রীইরাবতনা হায়ফেৎ খঙখিবা মরন্না,

মহাক্না মদু মীয়াম মমাঙদা পাথোকহন্নিংদে। মন্নম অদুনা, মদুদি মহাকপু অমুক হন্না ইকাইবা পীবনি, মহাক্তি হান্ননা করিগুম্বা দল অমত্তদা য়াওদ্রে হায়গ্রবনি হায়রমলগা হৌগত্তুনা হোলদগী অদুম্মক মপান্দা থোকখি। মহাক্না লোইনরকপশিংদি চৎখিদে।

মতুংদা, শ্রীযোগেশ্বর সিংহনা চিঠি অদু অদু মীয়াম মমাঙদা পাথোকখি। মরু ওইবা ৱারোন্দি – কম্যুনিস্ট পার্টিগী মতম অদুগী চয়োনগী ওইনা ফোঙবা 'পিপলস এজ' কৌবা চেফোং অদুদা খৃঃ ১৯৪৫ দা শ্রীইরাবতনা কাছাড়দগী কম্যুনিস্ট টিকেৎতা আসাম বিধান সভাগী সদস্য ওইনবা মীরেপ লেপখিবা মতমদা শ্রীইরাবতকী পুন্সিগী মরমদা ইবা ৱারোন অমা ফোঙখিবা অদু মশামক্তগী ফংবনি অদুগা কম্যুনিস্টকী সদস্য খরা প্রজা সঙ্ঘদা য়াওরিবনি হায়বা অসিনি। ৱাফম অনি অসিনা ইরাবত সিংহ কম্যুনিস্ট পার্টিদগী তোক্লি হায়বদুগী চেনবা য়াররোইদৌবা প্রমান ওইখি। মহাক্না করিগুম্বা দল অমত্তদা য়াওদ্রে হায়রগা মনুংদদি কম্যুনিস্ট পার্টিগী সদস্য ওইবদি তোকপা নৈরমদ্রে হায়বসি মীয়ান্না মুন্না খঙনখি। শ্রীইরাবতনা ৱাফম অদুগী মাইয়োক্তা পাউখুম পীবা ঙমলরোই হায়বদু হান্ননা উবদগী, মহাক মীতিন অদুদগী চৎখিবনি। অমরোমদনা "ঐ কম্যুনিস্ট পার্টিদা য়াওরিবনি, কংগ্রেস শেম্বদা য়াওবা ঙমলোই নত্রগা য়াওরোই" হায়বদুসু ফোঙদোকপা ঙমখিদবনি।

মতুংদা শ্রীইরাবত সিংহ য়াওদ্রবসু অতৈ নৈহৌরিবা মশীং য়াম্বা মীহুৎশিংনা য়ানবা মতুং ইন্না মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা রাজনৈতিক দল অমা মণিপুরদা শেম্বা য়ারে হায়না ৱারেপ তাখি।

দল অদুগী ইহান হানবা কার্য্যকারি কমিতিগী সভাপতি, প্রজা সঙ্ঘগী মাইকৈদগী শ্রীরাজকুমার ভূবনসনাবু খনখি অদুগা নহারোনশিংগী মাইকৈদগীনা শ্রীমুন্নাম খোইমচা সিংহবু জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা খনখি। অসুন্না নুমিৎ অদুদা মণিপুরদা কংগ্রেস কৌবা সংস্থান অসি পোকখি। প্রজা সঙ্ঘগী ইম্ফালদা লৈবা মকোক ওইনা থবক তৌরম্বা অয়াম্বা কংগ্রেসতা য়াওখি, অদুমকপু প্রজা সঙ্ঘ অমদি কৃষক সভাদি তোঙান্না অদুম্মক লৈখি। মমৈথংদা প্রজা সঙ্ঘ অসিমক্না মণিপুরগী কম্যুনিস্ট পার্টি ওনখিবনি।

মতম অদুদা শ্রীইরাবতকী মতুংইনবা ওইনা প্রজা সঙ্ঘদা য়াওরম্বদগী

কংগ্রেসতা চঙখিবশিংদি – শ্রীভূবনসনা, শ্রীঅঙ্গো সিংহ, শ্রীগৌরমণি শর্ম্মা, শ্রীনাইমেরাকপম গোপাল সিংহ, শ্রীডাক্তর লৈরেন সিংহ অসিনা মরুওইবা মীশকশিংনি।

মতুংদা মণিপুরগী মফম কয়াদা চত্তুনা কংগ্রেসকী নীতি শন্দোক্তুনা শাখা লিংখৎনবা অকনবা থবক লৌখৎখি।

মণিপুরদা ইহান হানবা গান্ধী জয়ন্তিগী দিবস পালন অদু চীংঙা লমপাক্তা তৌখি। হান্না নিখিল মণিপুরী সহাসভাগী শাখা অয়াম্বা কংগ্রেসকী শাখা ওইখি। আই এন এ য়াওরুবশিংসু কংগ্রেসতা য়াওখি।

খৃঃ ১৯৪৭ কী জুলাই থা ফাওবদা লৈরম্বা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিতি মেম্বরশিং –

১। শ্রীরাঃকুঃ ভূবনসনা (সভাপতি)
২। শ্রীয়ুম্নাম খোইমচা সিংহ (জেঃ সেক্রেটরী),
৩। শ্রীলাইময়ুম ললিতামাধব শর্ম্মা,
৪। শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ
৫। শ্রীহিদংময়ুম দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা
৬। শ্রীনাইমেরাকপম গোপাল সিংহ
৭। শ্রীয়ুম্নাম মেঘ সিংহ (মালোম)
৮। শ্রীঅয়েকপম অঙ্গো সিংহ
৯। শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ
১০। শ্রীকারাম মাইপাকপী সিংহ
১১। শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহ
১২। শ্রীহৈস্নাম নিত্যাই সিংহ
১৩। শ্রীনিংথৌজম লৈরেন সিংহ (ডাক্তর)
১৪। শ্রীরাঃকুঃ মাইপাকসনা
১৫। শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ
১৬। শ্রীচুংখাম বিজয়চন্দ্র সিংহ

# মণিপুর স্টেট কংগ্রেস কাইনখিবা

ভারত অসি বৃটিশকী মখা পোন্দুনা লৈরম্বদগী নীংতম্বা ফংহন্নবগী মতাংদা বৃটিশকী পালিয়ামেন্টনা "ইণ্ডিয়ান ইন্দিপেন্দেন্টস এক্ট" পাশ তৌদুনা, খৃঃ ১৯৪৭ কী আগস্টকী তারিখ ১৫ দা ভারতকী লূচিংবশিংদা শক্তি শিন্নরগনি হায়বসি জুলাই থাদা মীয়ামদা খঙহনখি। মদুগা লোইননা ভারত্তা লৈরম্বা নিংথৌপানবা নেতিব স্টেট হায়না খঙনরম্বা লৈবাক ৬০০ রোম অদুগী মথক্তা লৈরম্বা বৃটিশকী শক্তি (পরামাউন্সি) অদুসু লৈররোই হায়বসি এক্ট অদুদা য়াওই। অদুমকপু অপুনবা ভারত ওইরম্বদগী এক্ট অদুগী মতুং ইন্না হিন্দুস্থান পাকিস্তান হায়না কৌবা দোমিনিয়ন অনি থোক্না খায়দোকখি।

নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অদুনা লৌবা য়াবা ফিরেপ অনি লৈখি, মনীংতম্বা লৈবাক ওইবা নত্রগা ভারত দোমিনিয়নদরা পাকিস্তান দোমিনিয়নদরা হীরম অহুমদা য়াওশিনবা (একসিদ তৌবা) অসিনি।

বৃটিশনা ভারত থাদোকপা তারবনিনা অমদি মনীংতম্বা ভারত ওইহৌবা তাবনা, নীংতম্নবা ভারতকী সংবিধান অমা নৌনা শেম্নগা অনৌবা সরকার অমা লাক্লিবা ফাওবগী মনুং অদুদা শাসনগী থবক পুননবা লাংদাই সরকার (ইন্টরিম গর্বনমেন্ট) অমা শেম্বা তাখি। ভারতকী লাংদাই সরকার অদু ভারত জাতীয় কংগ্রেসতা মপুংফানা শিন্নখি অমদি জৱাহরলাল নেহরুনা লূচিংদুনা শাসন পুখি।

মতৌ অদুগুম্না, মণিপুরদসু লাংদাই সরকার অমা শেম্নবা মণিপুর সরকারনা থৌরাং তৌখি। ১৯৪৭ কী জুলাই ১ দগী হৌনা হান্না মণিপুর স্টেট দরবার কৌরম্বা মন্ত্রিমণ্ডল অদু মণিপুর স্টেট কাউন্সিল হায়না মমিং হোংখি। হান্না দরবার মেম্বর কৌরম্বা অদুনা মন্ত্রী হায়না খঙনখি। মণিপুর স্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্ট অদুবুনা চীফ মিনিস্টর হায়না মমিং থোনখি। মতম অদুদা কেপ্টেন এফ্ঃ এফ্ঃ পিয়ার্সন কৌবা আইঃসিঃএসঃ বৃটিশ ওফিশর অদুনা মণিপুরগী ইহান হানবা চীফ মিনিস্টর ওইখি।

পিয়ার্সন সাহেবনা মণিপুর স্টেট কংগ্রেসকী লূচিংবা খরা অহিংদা কৌরগা উন্নদুনা, মণিপুরদা লাংদাই সরকার অমা শেম্নবগী ৱা তান্নখি। মদু খৃঃ ১৯৪৭ কী জুলাই থাগী অহানবা চয়োন মনুংদনি। কংগ্রেসকী লূচিংবা শ্রীকৃষ্ণমোহন,

শ্রীদ্বিজমনি, শ্রীযোগেশ্বরনচিংবা খরনা চীফ মিনিস্টরগা মাগী ময়ুমদা ৱাফম অদু ঙাংনখি। লাংদাই সরকার অদুদা চীফ মিনিস্টর থাদনা মন্ত্রী তরুক লৈগদৌবা অদুগী মনুংদা কংগ্রেসতা মন্ত্রী অনিতমক পিগনি হায়বদু খঙহনখি, অতৈনা সরকারনা হাপ্পা তাখি।

ৱাফম অসি কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিগী ৱা তাদনা অমদি খন্নবা তৌদনা কংগ্রেসকী মীহুৎ খরা অদুনা য়ানিংবা ফোঙদোকলম্বতা নত্তনা, ৱা ঙাংনবা চৎলিবশিংগী মরক্তগী মীশক অনি, শ্রীকৃষ্ণমোহন অমদি শ্রীদ্বিজমনি অনিবু কংগ্রেসকী মন্ত্রী ওইননবগী মিং পীখৎখি।

মথংগী নুমিত্তদি ৱাফম অদু, কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিগী মেম্বর ডাক্তর লৈরেন্না অরোনবা পাম্বৈ অমনা খঙলকতুনা, লৈবাক মীয়ামদা অরোনবা ৱাফম অদু খঙহনখি। মদুনা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখ্রে। মরম অদুনা ৱাফম অদুগী মরমদা খন্ননবা কংগ্রেস কমিতিগী মীতিন কৌবা তাখি।

১৯৪৭ কী জুলাই তারিখ ৭ তা অতোম্বাপু শর্ম্মাগী য়ুমদা মণিপুর স্টেট কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিতিগী অথুবা মীতিন অমা তৌদুনা কংগ্রেসকী মীহুৎ খরনা য়ানরমলিবা অদু য়ানিংবা অমদি য়ানিংদবা খঙননবা ভোট লৌনখি। প্রস্তাবতি তৌরমলিবা থবক অদু অচুম্বনি হায়বা অসিনি।

প্রস্তাব অদু য়ানিংখিবশিংগী মিং মথংশিৎনা সর্ব্বশ্রী (১) গৌরমণি শর্ম্মা, (২) বেদগর্ভ শর্ম্মা, (৩) ললিতামধব শর্ম্মা, (৪) দ্বিজমনি শর্ম্মা, (৫) শামুঙৌব সিংহ, (৬) যোগেশ্বর সিংহ, (৭) গোপাল সিংহ, (৮) নিমাইচান্দ সিংহ, (৯) তর্পণ সিংহ, (১০) মেঘ সিংহ (মালোম), (১১) মণি শর্ম্মা, (১২) রণবীর সিংহ, (১৩) কৃষ্ণমোহন সিংহ – ১৩ অসিনি।

প্রস্তাবকী মাইয়োক্তা ভোট পীখিবশিং সর্ব্বশ্রী (১) লাইশ্রম অচৌ সিংহ, (২) ইরোম চন্দ্রহাস সিংহ, (৩) নিংথৌজম লৈরেন সিংহ ডাক্টর, (৪) সলাম তোম্বী সিংহ, (৫) খ্বাইরাকপম গিরি সিংহ, (৬) থোকচোম অঙৌ সিংহ, (৭)হৈস্নাম নিত্যাই সিংহ, (৮) তোমাল সিংহ, (৯) তোম্পোক সিংহ, (১০) মাইপাকপী সিংহ অমদি (১১) শগোনশেম ইন্দ্রমনি সিংহ অসিনি।

অনিমক্তা য়াওদবা, নিউত্রেল ওইনা লৈখিবা মেম্বরশিংদি ঃ

সব্বশ্রী (১) অঙ্গো সিংহ, (২) খোইমচা সিংহ, (৩) রতনসনা সিংহ, (৪) কোইরেং সিংহ অমসুং (৫) রথ সিংহ অসিনি। সভাপতিদি শ্রীরাঃকুঃ ভুবনসনানা ওইখি।

ৱার্কিং কমিতিগী ৱারেপ অদুনা কংগ্রেস অনি থোক্না কাইননবগী মচাক ওইখি। হান্না খন্নরগা কোন্না লৌগদৌবা ৱারেপ্পু, হান্নরনা মী খরনা তৌথোকখ্রগা, ৱারেপ্না কোন্না লৌবা, গনতন্ত্রিক ওইদবা পথাপ অমদি মন্ত্রী তরুক্কী মনুংদা কংগ্রেসতা মন্ত্রী অনিতমক পীবদু পামদবা, মীয়ামগী স্বার্থ য়েংবা কাণ্ডবু অদু কংগ্রেতগী তোকলগা সমান্তর ওইবা কংগ্রেস সংস্থান অমা শেমখি। অদুগা মীয়ামগী মীহুৎতনা শাবা লাংদাই সরকার অমা শেম্নবা অকনবা দাবী তৌখি, লোইননা মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন লিংহন্নবগী অন্দোলন অমা তৌননবা শেম শাখি।

অনৌবা মণিপুর স্টেট কংগ্রেস অদু শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহনা সভাপতি অদুগা শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইদুনা খৃঃ ১৯৪৭ কী আগস্ট তাং ৬ তা শেমখিবনি।

ইহান হানবা ৱার্কিং কমিতিগী অতৈ মেম্বর শিং (১) শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহ, (২) শ্রীখ্বাইরাকপম গিরি সিংহ, (৩) শ্রীকারাম মাইপাকপী সিংহ, (৪) শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ, (৫) শ্রীলাইশ্রম তোমাল সিংহ, (৬) শ্রীনিংথৌজম লৈরেন সিংহ, (৭) শ্রীনিংওোম্বম মনিকচান্দ সিংহ, (৮) শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নৱাং সিংহ, (৯) শ্রীরাঃকুঃ মাইপাকসনা, (১০) শ্রীইবোপিশক সিংহ লৌরেম্বম অমসুং (১১) শ্রীচন্দ্রকুমার শর্ম্মা অসিনি। অনৌবা কংগ্রেস অসি শেম্বদা শ্রীইন্দ্রমনি সিংহ অমদি শ্রীতোম্বী সিংহসু য়াওখি। মতুংদা আগস্ট তাং ১ দগীদি তোকখি। শ্রীতোমম্পোকনা সভাপতি ওইবদগী সংস্থান অসি তোম্পোক কংগ্রেস হায়না ময়াম্না খঙনখি। সেপ্টেম্বর থাদদি শ্রীলাইশ্রম তোমাল সিংহনা তোকখিবদগী, শ্রীএলাংবম দেবেন্দ্র সিংহবু ৱার্কিং কমিতিগী মেম্বর ওইনা হাপখি।

লাংদাই সরকারগী মীশক অমদি মীয়ামগী ওইবা শক্তমগী মতাংদা থোকখিবা ৱাথোক অদুনা মরম ওইদুনা কংগ্রেস অনি থোকখিবা অসিদা, ওইরিবা ফিভম অদু মুন্না খঙদনা চীফ মিনিস্টর শ্রীপিয়ার্সন সাহেবনা শ্রীতোমম্পোক সিংহদা লন্নাই ওইনা, মহাকপু লাংদাই সরকারগী মন্ত্রী অমা ওইননবা খল্লে হায়দুনা চিঠি অমা পীরকখি।

শ্রীতোমম্পোক সিংহনা ৱাফম অদু ৱার্কিং কমিতিদা পুখৎখি অমদি মহাক্তি মরন্নাই ওইনা মন্ত্রী ওইবদি পামদে হায়খি। ৱার্কিং কমিতিনসু চীফ মিনিস্টর থারগা মন্ত্রী তরেৎ লৈগদৌবদা মীয়ামগী সংস্থানদগী মী অনিতমক মন্ত্রী ওইনা লৈগদৌবা অদু পামদবদগী, মীয়ামগী মীহুত্তনা শাবা লাংদাই সরকার ওইহন্নিংবদগী শ্রীপিয়ার্সনগী চিঠি অদু য়ানিংদ্রে হায়না হনখি।

মরক অসিদা, শ্রীভূবনসনানা লূচিংলিবা কংগ্রেসকী মাইকৈদগী ওইনা শ্রীকৃষ্ণমোহনতমক মন্ত্রী ওইবা তারবনি। অদুবু শ্রীতোম্পোকনা মন্ত্রী ওইয়ু, য়াদবদগী মমৈদদি শ্রীভূবনসনা মশামক্তা মন্ত্রীগী ফম অমা পিখি। অসুন্না খৃঃ ১৯৪৭ কী আগস্ট ১৪ দগী মণিপুরদা লাংদাই সরকার লৈবা হৌখি।

ভারত পুম্বগী নিংতম্বা নুমিৎকী হারউ তয়ান্নবা মতম অদুদা মণিপুরদদি মীয়ামগী মরক্তা লাংদাই সরকারগী মশেম অদু পেন্নদবগী লৈচিন অমা লৈখি। মন্ত্রীশিংগী মমিং – (সরকারগী ওইনা অহাপ্পা) (১) শ্রীমহারাজকুমার প্রিয়ব্রতা সিংহ (চিফ মিনিস্টর), (২) মেজর খথিং (চীং অমদি মণিপুর রাইফলস য়েংশিনবা মন্ত্রী), (৩) শ্রীতিঃসিঃ তিয়ানখম (উমং অমদি লৌউশিংউবগী মন্ত্রী), (৪) মৌলবী বসিরুদ্দিন অহম্মদ (হকশেল অমদি ৱার্কস মন্ত্রী) অমদি (৫) শ্রীকেঃগৌরা সিংহ (শিক্ষ মন্ত্রী), অহাপ্পা কংগেসকী মীহুৎ (১) শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ (শেনথুমগী মন্ত্রী) অমদি (২) শ্রীরাঃকুঃ ভূবনসনা (লৌরুংশংগী মন্ত্রী) অসিনি।

ভারতকী নিংতম্বদা মণিপুরগী নিংতম্বসু য়াওরবা ফাওবদা লাংদাই সরকার শেম্বগী মতাংদা পেন্নদবা অমা লৈবা অদুনা অন্দোলন অমা তৌরক্লবগী য়ুমফম ওইহনখি।

মসিগা মরী লৈননা অতোপ্পা ৱাফম অমসু পনবা য়াই মতম অদুদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্বা শ্রীবোধচন্দ্র মহারাজনা ১৯৪৭ কী মার্চ তাং ১০ দা মীয়ামদা লাউথোকখিবা চেরোল অমদি মণিপুরগী ওইবা সংবীধান অমা শেম্নবা সদস্য ১৬ না শাবা কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিতি অমা শেমগনি হায়খি। কমিতি অদু চৌকিদারশিংনা খনবা তম্পাক্কী মীহুৎ মঙা, – শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মা, শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ, শ্রীযোগেশ্বর সিংহ, শ্রীলৈরেন ডাক্তর, অমদি শ্রীমেরাযাত্রা; জিরিবামগী মীহুৎ ওইনা, শ্রীসিনাম বিজয় সিংহ; চীংগী মীহুৎ মঙা – শ্রীডাইহো, শ্রীথাংখোপাউ

কিপগেন, শ্রীতেবা কিলোং, শ্রীতিয়ানখম অমদি শ্রীআর সুইসা; নন-ওফসিয়েল ওইনা অহাপ্পা – শ্রীঅশাংবম মীণকেতন সিংহ; চীফ কোর্টকী জজ অমা – শ্রীলাইরেনলাকপা ইবুংঙোহল সিংহ; দরবার মেম্বর অনি – শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ অমদি মহম্মদ কাজি উল্লিউল্লা অদুগা শ্রীপিয়ার্সন্না (সভাপতি) ওইদুনা শেমখি। কমিতি অদুনা সংবিধান অদু শেম্বা লোইদুনা ইং কুমজা ১৯৪৭ কী জুলাই ২৬ তা মহারাজদা পিখৎখি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মদু য়ারবা মতুংদা মদুবু মণিপুর কনস্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ হায়না কৌখি। মণিপুরগী সংবিধান অদুদা মপুং ফাবা দায়িত্বশীল শাসনগী মওং উবা ফংখিদে। আইনসভা (বিধানসভা) গী সদস্য ৫৩ লৈগনি, মন্ত্রী তরুক মদুনা খনগনি অদুগা মন্ত্রি তরুক্কা তান্নরগা মহারাজনা মুখ্যমন্ত্রি হাপকনি হায়না মদুদা য়াওই। মন্ত্রিশিং অদু মহারাজদা দায়িত্ব (রেসপোনসিবল) ওইগনি, আইন সভানা হায়জবা খরা তাবিগনি (রেসপোনসিব) অমদি কনাগুম্বা মন্ত্রী অমগী মথক্তা নত্রগা মন্ত্রিমণ্ডলগী মথক্তা থাজদবগী ৱারোল থাঙ্গৎলকপদা আইনসভাগী নুমীৎ অদুদা কারকপা অপুনবা সদস্য মশিংগী মরীগী অহুমনা য়াদ্রবদি, মদু পাশ তৌবা য়ারোই, হায়নসু য়াওই। খ্বাইদগী মরুওইনা অশোয়বা মওং অমনা মুখ্যমন্ত্রি অদু আইনসভাগী হান্না সদস্য ওইদ্রবসু থা তরুক্কী মনুংদা ওইরক্কদবনি হায়বদু য়াওদবনা আইনসভাগী সদস্য সুকওই ওইদ্রবসু, মহারাজনবু পাম্লবদি মপান্দগী হাপনিংবা মী অমবু মুখ্যমন্ত্রি ওইহনখিবা য়াবগী মওংদা সংবিধান অদুনা উৎলি। (সংবিধান অদুগী চপচাবা অনুবাদতি অহুমশুবা পন্দুপকী, মণিপুর কনস্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ দা য়াওরি।)

অসুন্না অশোইবা কয়া য়াওরবা সংবিধান অদুনা মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন পিদে হায়বদু ময়েক শেংনা উৎখি, অদুনা খাইদোক্রবা মণিপুর স্টেট কংগ্রেসনা য়ানিংখিদে। মরম অদুদগী সংস্থান অসিনা সত্যাগ্রহ অন্দোলন অমা তৌবগী ফিরেপ লৌখিবনি।

## তোম্পোক কংগ্রেস অমদি তোমাল কংগ্রেস

মরক অসিদা মণিপুর স্টেট কংগ্রেস নম্বর ৱানগী সভাপতি অদু হান্নদি শ্রীভুবনসনানা ওইরম্বদগী, ১৯৪৭ কী জুলাই ২৭ তা শ্রীপোৎশংবম তোমাল

সিংহবু হাপখি। মরম অদুদগী কংগ্রেস নম্বর ৰান অসিবু তোমাল কংগ্রেস অদুগা অনিশুবা কংগ্রেসপুনা তোম্পোক কংগ্রেস হায়না মীয়াম্না খণ্ডনখি।

## ফিরান অমদি তুপীগী অন্দোলন

মনিপুরদা, মহাত্মা গান্ধীগী লুচিং অদুবু পান্নরকপা অমদি কংগ্রেসতা কন্না য়াওনরকপগী ইথক-ঈহৌ অমা মতম অদুদা কন্না লাকখি। মদুগী খুদমদি তোম্পোক কংগ্রেস অমদি তোমাল কংগ্রেস হায়না দল অনিমক কংগ্রেসকী মমিং শীজিন্নখিবা অদুনি।

মনিপুরগী লাংদাই সরকার অদু মীয়ামগী মীহুৎনা মশীং য়ামখিদবা অমদি মণিপুরগী সংবিধান অদুদসু মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন লিংখৎপগী মওং উদবনা মরম ওইদুনা পেন্নদনা লৈরিঙৈ মরক অদুদা, ১৯৪৭ কী সেপ্টেম্বর তারিখ ১৫ দা কংগ্রেসী খরনা গান্ধী তুপী উপ্তুনা অমদি ভারতকী জাতিগী ওইবা মচু অহুমগী ফিরান পুদুনা শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা চঙগে তৌরুবদা কোনুংগী স্নথোঙদা চঙহনখিদে। মদুনা মরম ওইদুনা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী মথক্তা থিংলিবা হুকুম অদু লৌথোক্লবা, তোম্পোক কংগ্রেসকী কাঙবুনা অন্দোলন তৌননবা ৱারেপ লৌখি।

শ্রীতোম্পোক সিংহ অমদি মাইপাকসনানা থা অদুগী তারিখ ১৮ দা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস (২) না সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌনবগী প্রস্তাব অদু থাঙ্গৎখি।

ৱারোনঃ "তাং ১৫।৯।১৯৪৭ ইংদগী সনা কোনুংদা গান্ধী কেপ অমসুং নেসনেল ফ্লেগপু অমান্য তৌরকপা অদুগী বিরুদ্ধদা অমসুং পোপুলর ইন্টরিম গোবর্নমেন্ট (মীয়ামগী মীহুৎনা শাবা লাংদাই সরকার) অমদি মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন পুরক্লবা মণিপুর স্টেট কংগ্রেসনা সত্যাগ্রহ লৌখৎনবা প্রসতাব তৌরি"।

ৱারোন অসি খন্নরবা মতুংদা ৱার্কিং কমিতিনা য়ানরদুনা, থা অদুগী তারিখ ১৯ দগী হৌনা সনা কোনুংগী অৱাংথংবা স্নথোঙদা ফিরান অমদি তুপী চংহন্নবগী সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌবা হৌখি। অদুমকপু অন্দোলন অদুবু থোইদোক্না মরুওইনা, ফিরানগী সত্যাগ্রহ হায়না খণ্ডনখি। সত্যাগ্রহী ওইখিবশিংদি শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহ, শ্রীখ্বাইরাকপম গিরি সিংহ, শ্রীরাঃকুঃসুরেন্দ্রজীৎ সিংহ, শ্রীবকোঁ বিহারি শর্ম্মা

অমদি শ্রীগুরুঅরিবম তন্তেশ্বর শর্মা অসিনি।

মতম অদুগী দোমিনিয়ন এজেন্ট ওইরম্বা, শ্রীষ্টিরার্ট কৌবা সাহেব অদুনা মকোক্তা গান্ধী তুপী অমা উপশিল্লগা মাগী কারদা ভারতকী মচু অহুমগী জাতিগী ফিরান অদু থেত্তুনা লাক্লগা কোনুংগী মথোঙ অদু লানশিন্দুনা চঙখি। মহাকপুদি থোঙ ঙাকলিবা শক্তিশিং অদুনা কিদুনা থিংখিদে, অদুগা মথোঙ মাংমদা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা ফিরান অমদি গান্ধী তুপী য়াওনা মনুংদা চঙহল্লু হায়না অন্দোলন তৌরিবা সত্যাগ্রহীশিংবুদি চঙহনখিদে অমদি দোমিনিয়ন এজেন্টনসু চঙহন্নবা য়াথং পীখিদে। সত্যাগ্রহীশিং অদু সাহেব মশামক্লা উরিবনি। অদুমকপু, মণিপুরগী নিংথৌগী মাইকৈদগী গান্ধী তুপী অমদি ভারত জাতিগী ফিরানবু থৌওইদবা লৈতে হায়না খঙহল্লকপদগী থা অদুগী তারিখ ২৪ দদি ফিরানগী সত্যাগ্রহ অদু লোইশিনখি।

নুমিৎ অদুদা মহারাজনা সত্যাগ্রহীশিংদা কোনুংগী দরবার হোলদা সেপ্টেম্বর ২৬ তা মীয়ামদা করিগুম্বা ঘোষনা অমা তৌগনি হায়না খঙহল্লকই। নুমিৎ অদুদা সত্যাগ্রহীশিংবু ভারত জাতিগী ফিরান পায়রগা গান্ধী তুপী উপ্তুনা কোনুংদা চঙহনখি।

## সত্যাগ্রহ অন্দোলন

কংগ্রেস অনি থোকখিবনা মীয়ামগী মরক্তসু নাকপাক নাকপাক তাবগী মওং অমা লাকখি। অমরোমদনা ফিরানগী সত্যাগ্রহ মতুংদদি নিংথৌগী কাঙবুসু খুৎলিংবা হৌখি। শাসনগী মাইকৈদা তোমাল কংগ্রেসকী মীহুৎ অনিখক্তং য়াওখিবা অদুনা মীয়ামগী ওইবা অফবা থবক লৌথৎপা করিসু ঙমদ্রে। মদুমক তোম্পোক কংগ্রেসকী কাংবুনা হান্নবা হায়খ্রবনি। মরম অদুনা মহাক্কী কাংবুনা আন্দোলন তৌননবা মী খোমজিনবা অমদি শেমশাবা হৌখি। মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা চত্তুনা অন্দোলন তৌবগী তঙাইফদবা ফিভম অমা লাকলিবা অদু মীয়ামদা খঙহন্দুনা সত্যাগ্রহ আন্দোলনগী অকুপ্পা মরোন অমদি মহাত্মা গান্ধিজীনা তাকপা লমজিং কয়া অদু মীয়ামদা শন্দোকপা হৌখি।

থিন্দনা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিনা  সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌননবা ৱারেপ লৌখি। ৱারেপ অদু ইম্ফালগী মপান কাংজেবুংদা ১৯৪৭ কী নবেম্বর থাগী তারিখ ১ দা তৌখিবা মীয়ামগী মীতিন অমদা মীয়ামদা খঙহনখি।

মীতিন অদুদা লাকপা মীয়াম্না আন্দোলন তৌবা হায়বদুদা য়াদুনা মরূওইবা ৱারেপ লৌখি।

## মীতিন অদুগী ৱারেপশিং

১বা ৱারেপঃ- হৌজিক্কী কাউন্সিল অসি থুগাইদুনা প্রজানা য়াবা লাংদাই সরকার অমা য়াম্না থুনা শেম্বা;

২শুবা ৱারেপঃ- ইংশোক ১৯৪৮ গী পয়লা এপ্রিলদগী প্রজাদা পুর্ন দায়িত্বশীল শাসন পীগনি হায়না শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা ঘোষনা তৌবিবা;

৩শুবা ৱারেপঃ- পুর্ন দায়িত্বশীল শাসন তাননবা প্রজানা পামজবা কনষ্টিট্যুসন (সংবিধান) অমা শেম্নবগীদমক সাবালক ওইরবা প্রজাশিংনা খঙ্জবা প্রতিনিধিনা শাবা বিধান পরিষদ (কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লী) অমা য়াম্না থুনা লিংখৎনবা থৌরাং তৌবিবা।

মথক্কী দাবীশিং অসি ফংননবা সত্যাগ্রহ অন্দোলনগী থৌওংশিং –

অহানবগী থৌওংঃ- অসহযোগ অন্দোলন –

(ক) হৌজিক্কী শ্রীযুৎ মহারাজগী ষ্টেট কাউন্সিল অমসুং শাসন সরকার অসিগা মরম পুম্নমক্তা অসহয়োগ তৌবা (তিন্নদবা);

(খ) ষ্টেট সরকারগী থবক তৌরিবা রাজকর্ম্মচারী পুম্নমকপু থবক থাদোক্নবা হায়জবা;

(গ) সত্যাগ্রহ কর্ম্ম পরিষদনা (কাউন্সিল ওব এক্সন) লাউথোকপা নুমিত্তগী স্কুল কলেজ, অফিস, ৱায়েনশং, হরাউ কুম্মৈগী শঙ, মোটর অমসুং ষন গাড়িনচিংবা মান-বাহন পুম্নমক, কৈথেন দোকানসু য়াওনা মপুংফাবা হর্টাল তৌবা (থবক লেপ্পা);

অনিশুবা থৌওংঃ- আইন অমান্য আন্দোলন – বৃটিশনা পান্নৈঙেদগী চৎনরক্লবা প্রজানা পাম্নদ্রবা আইন-কানুন পুম্নমক অমান্য তৌবা (শীংনদুনা চৎনহন্দবা),

অহুমশুবা থৌওংঃ- খাজনা থিদবা – হৌজিক্কী ষ্টেট সরকার অসিদা করিগুম্বা

খাজনা অমত্তসু পীদবা;

মরিশুবা থৌওং:- সমান্তর সরকার লিংখৎপা – তহশীল খুদিংগী গ্রাম রাজ্য শেমদুনা সত্যাগ্রহ পঞ্চায়েট লিংখৎপা লোইননা মীয়ামগী সরকার অমা শেম্বা অমদি প্রজা পুন্নমক্না সত্যাগ্রহীশিংনা লিংখৎপা সরকারদা প্রজাগী খাজনানচিংবা থীদুনা সহযোগ পীবা।

মথক্কী দাবীশিং অসিগা কোন্ননা আন্দোলনগী থৌওং, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস র্বার্কিং কমিতিনা মঞ্জুর তৌবিনবা অহানবা সত্যাগ্রহ কর্ম্মপরিষদ পীখৎচরি। সদস্যশিং – (১) শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহ (দিক্টেতর), (২) শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহ অমদি (৩) শ্রীখ্বাইরাকপম গিরি সিংহ।

র্বার্কিং কমিতিনা মীয়ামগী র্বারেপ অদুবু ইকাই খুন্নবগা লোইননা য়ারদুনা ১৯৪৭ কী নবেম্বর তারিখ ৬ তগী সত্যাগ্রহ আন্দোলন হৌননবা র্বারেপ লৌখি।

আন্দোলন অদুগী মওংদি সরকারগী ওফিশ পুন্নমক্কী মমাঙদা পিকেতিং তৌদুনা সত্যাগ্রহীশিংনা হিপ্তুনা লৈবা অসিনি। অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিন পুং ৫ ফাওবা থৌওং অসি চখনবা সত্যাগ্রহীশিংদা শিন্নে। আন্দোলন অদুগী মরুওইবা কেম্প শাফমদি মোইরাংখোম মখা য়ুন্নাম লৈকাই লম্পাক্তনি। ভলুণ্টিয়ারশিং অমদি সত্যাগ্রহশিংগী চাক চাফম অমদি থোংফমনা থোকচোমগী লৈখিদ্রবা শমফাবগী মাগুবতনি। অতৈ অতৈ মরুওইবা সত্যাগ্রহগী ওফিশশিংসু য়ুন্নাম লৈকাইদা ওইখি। শ্রীহৈস্নাম গৌরাচান্দ সিংহগী য়ুমদা আন্দোলনগী হেডক্বাটর ওইখি। শ্রীওক্রম ডামু সিংহগী য়ুমদা জেলখানা ওই, ফারকপা মী মখৈ য়ুম অদুদা থম্মী।

শ্রীসনসম থম্বাল সিংহগী য়ুমদা অন্দোলগী বিজুলী অমদি থাওগী ইঞ্জিন চলাইদুনা পাউর্বার হাউস ওইখি। শ্রীখুরাইজম বিজয় সিংহনা ইঞ্জিন অদু পুরকপনি।

শ্রীলৈতাঙ্থেম ইবোমচা লৈশাবীগীদা আন্দোলনগী গাড়ি, পোৎ-চৈ পুন্নমক শিন্দোক শিনজিন তৌনৈ। শ্রীলাইশ্রম লৈরেন সিংহগী য়ুমদা আন্দোলনগী অশোক অপনগী লাইয়েংশং ওইখি। শ্রীহাউবম বারুনী সিংহনা মকোক ওইবা ডাক্তর ওইনা লাইকন্নখি অমদি লাইয়েংখি।

শ্রীবাচস্পতিময়ুম ইবোহল শর্ম্মাগী য়ুমদা আন্দোলনগী অরোনবা ওফিস ওইখি। অন্দলোন মাইপাক্না পাঙথোক্লবগীদমক পিকেতিঙনচিংবা চৎথবদা মখাগী

অসুন্না শীনখিঃ

(ক) মণিপুর রাজলোইশং হৌজিক্কা মণিপুর ষ্টেট সেক্রেটরীয়েৎ গেটনা শ্রীয়ুম্নাম বুদ্ধি সিংহনা লুচিংখি।

(খ মণিপুর ষ্টেট সদর থানাগী গেটনা শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহনা লুচিংখি।

(গ) মণিপুর ষ্টেট লৌরুংশংগী গেটনা শ্রীনিংথৌজম নৈরেন সিংহনা লুচিংখি।

লুচিংবা কয়ামসু মীয়ামগী অন্দলোন অসিদা ৱা ঙাঙখি। মচং ওইবা খরদং লৌখৎলবদাঃ

(১) অহানবদা সত্যাগ্রহ কর্ম্মপরিষদকী মেম্বর অমসুং ইম্ফাল নোংপোক সেবা দলগীসু জি.ও.সি. ওইবা শ্রীখ্বাইরাকপম গীরি সিংহনা ভলুণ্টিয়ারশিংনা প্রজাগী সেবাদা ভলুণ্টিয়ার অমনা তৌগদবা মথৌগী মরীদা ঙাঙখি।

(২) শ্রীশৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহনা মহাত্মা গান্ধিজীনা আফ্রিকাদা অমসুং ভারতকী মনুংদা তৌখিবা সত্যাগ্রহগী সমপৎপা ৱারী লীখি।

(৩) শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ পব্লিসিটি ইনচার্জ (পব্লিসিটি অফিসার) না প্রোপেগণ্ড অমসুং পব্লিসিটিগী শক্তিদনা আন্দোলন চলাইগদবনি হায়না য়াম্না শাংনা খুদমগা লোইননা ঙাঙখি।

(৪) শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহ জেনেরেল সেক্রেটরীনা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিশিংনা তৌগদবা মথৌগী মরীদা ঙাঙখি।

(৫) শ্রীমাইপাকসনা রাজকুমারনা সরকারগী আন্দোলন ঙাকপশিংদি তলব ৱালানি মপুনা তৌ হায়বদুদা তৌরিবনি। ঐখোই সত্যাগ্রহীশিংদি ইশা ইশানা শিবা ফাওবা আন্দোলন তৌদুনা দাবী ফংনবা তানবনি। মিৎ নাকোং শিংনা গান্ধীয়ান নীতিগী লিক্কম অমফাওবা কায়দনা অহিংসা নীতিদা সত্যাগ্রহ আন্দোলন চৎথসি, মদুদা ঐখোইনা মাইথিগদবা নৈতে হায়না ময়ামদা খঙহনখি (করেঙ্গে যা মরেঙ্গে)।

সত্যাগ্রহ অন্দোলন অদুদা শরুক য়াখিবা কংগ্রেসকী শাখা কমিতিশিং অমদি মরুওইবা মীশক খরা –

১। য়ুম্নাম হুইদ্রোম শাখা কমিতি।

২। পাঙ্গন সিফাই শাখা কমিতি।

৩। ময়াং ইম্ফাল শাখা কমিতি।

শ্রীনিংথৌজম তোমচৌ সিংহ, শ্রী অমু যাত্রা, শ্রীনিংথৌজম কালি সিংহ, শ্রী ভুবন সিংহ, শ্রীগুলামজাৎ সিংহ, শ্রীথাংজম নুপামচা সিংহ, শ্রীলাইশ্রম নিপামচা সিংহ, শ্রীশগোলশেম ইমু সিংহ, শ্রীলাইশ্রম অপেৎ সিংহ, শ্রীশাপম অঙাংহল সিংহ অসিনচিংবা।

৪। খুন্দ্রাকপম শাখা কমিতি।

৫। ইরিনবুং শাখা কমিতি।

৬। কৈরাউ শাখা কমিতি।

৭। লংদুম শাখা কমিতি।

শ্রীকাংঙবম মঙ্গি সিংহ, শ্রীঅয়েকপম ইবোতোম্বী সিংহ, শ্রীফাঞ্জৌবম মুহন সিংহ অসিনচিংবা ভলুন্টিয়ার ৪০।

৮। পাঙ্গোং মখোঙ শাখা কমিতি।

শ্রীমঙ্গী লোংমৈ, শ্রীওইনাম সেলুংবা, শ্রীথোকচোম তোম্বা সিংহ অসিনচিংবা।

৯। খোংমন শাখা কমিতি।

শাখা অসিগী মখাদা শেমখিবা ইম্ফাল নোংপোক সেবাদলগী ওইনা জিঃ ওঃ সিঃ শ্রীখ্বাইরাকপম গিরি সিংহ, লেফ্‌টনেন্ট কর্নেল থিঙুজম গুনমনি সিংহ, মেজর নিঙোম্বম মনিকচান্দ সিংহ, কেপ্টেন শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নৱাং সিংহ, অতোম নয়োঞ্জাউ সিংহ, সুবেদার থিঙুজম কুলচন্দ্র সিংহ, জমাদার সেরাম তোমচৌ সিংহ, শ্রীনিঙোম্বম অঙৌব সিংহ, শ্রীক্ষেত্রিময়ুম তোলহল সিংহ অসিনচিংবা ভলুন্টিয়ার ১০০।

১০। বাশীখোং শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী - থোকচোম ইবোমচা সিংহ, লাইরেনলাকপম গোপাল সিংহ, নিংঙোম্বম বীর সিংহ, শাপম মুনাল সিংহ, নিংঙোম্বম মনি সিংহ, থোকচোম তোমাল সিংহ, হৱাইবম শ্যামা সিংহ, নিংঙোম্বম ইবোচৌ সিংহ অসিনচিংবা।

১১। পেব্যা পণ্ডিত লৈকাই শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী সেরাম মণি সিংহ, সেরাম তোমচৌ সিংহ, নিংঙোম্বম বিধু সিংহ, গোবর্দ্ধন শর্ম্মা, থিঙ্গুজম বারুনী সিংহ অসিনচিংবা।

১২। নিংঙোমথোং শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী নোংমৈকাপ্পম কালা সিংহ, মাইবম ইবোহল সিংহ, খ্বাইরাকপ তোম্বীরৈ সিংহ, লাইশ্রম ইবোতোন সিংহ, লাইশ্রম বড়মণি সিংহ, থোংঙাম কান্থাই সিংহ, শারুংবম ইবোহল সিংহ, য়াইখোম ইবোয়াইমা সিংহ, ওইনাম বীহারি সিংহ, খাঙেনবম তোম্বা সিংহ অসিনচিংবা।

১৩। নিংথৌখোং শাখা কমিতি।

শ্রীখ্বাইরাকপম কমলাকান্ত সিংহনা লুচিংবা কাঙবু।

´১৪। নোংমৈবুং শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী থৌনাউজম ব্রজলালা সিংহ, ওইনাম বড় সিংহ, খুমুকচম মোনো সিংহ, চকপ্রম তোমচা সিংহ, চকপ্রম মধুমঙ্গল সিংহ, কাংঙুজম কান্থাই সিংহ, ৱাংখৈরাকপম মতুম সিংহ অসিনচিংবা।

১৫। থাংমৈবন্দ শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী খুমন্থেম মহিন্দ্র সিংহ, ঙাঙোম তোম্পোক সিংহ, রাজকুমার অঙৌসনা, নান্দৈবম অমুব সিংহ, ৱাঃ কুঃ সনাজাউবা, শলাম খেলেন্দ্র সিংহ, চন্দ্রকুমার শর্ম্মা, শংলাকপম তোম্বা শর্ম্মা, ঙাঙোম লাকপা, খুমুকচম ইবোতোন সিংহ, রাজকুমার গোকুলচান্দ, য়াইখোম নীলমনি সিংহ, রাজকুমার বড়স্না অসিনচিংবা।

১৬। ৱাংখৈ শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী লাইশ্রম অচৌ সিংহ, থাংজম অঙৌবা সিংহ, নহাকপম অপাবী সিংহ, চিংগাংবম গৌরহরি সিংহ, থাংজম চন্দ্রহাস সিংহ, কৈশংবম গৌর সিংহ, থোইদিংজম হেরামত সিংহ, কোইজম ইবোতোম্বী সিংহ, লাইশ্রম থম্বাল সিংহ, গুরুময়ুম ইবোহল শর্ম্মা, খুরাইজম বিজয় সিংহ, খুরাইজম নীলমনি (ডাক্তর), মাইবম অচৌ সিংহ, রাজকুমার পাকাসনা, শাইরেম লালা সিংহ, লোংজম তোম্বা সিংহ, নাহাকপম মণি সিংহ, ৱাঃ কুঃ তোম্বীসনা ক্ষেত্রিময়ুম মণি সিংহ অসিনচিংবা।

১৭। পিশুম নম্বুল ৱাংমা শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী চোংথাম পিশক সিংহ, লাংপোকলাকপম অবের সিংহ, য়ুম্নাম বুদ্ধি সিংহ, লাইশ্রম নিংথেমজাউ সিংহ, লাইশ্রম কুলচন্দ্র সিংহ, নিংঙোম মণি সিংহ,

অহন্থেম বোই সিংহ, অসেম বাবুধন সিংহ অসিনচিংবা।

১৮। কোংবা ক্ষেত্রিলৈকাই শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী থোকচোম ইবোচৌবা সিংহ, রাঃ কুঃ সনাজাউবা, কৈশাম মোহোরী সিংহ, লৈমপোকপম ইবোমচা সিংহ, থোকচোম মণি সিংহ অসিনচিংবা।

১৯। খুরাই শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী নিংথৌজম লৈরেন (ডাক্তর), য়ুম্নাম লসমন সিংহ, নোংথোনবম শাজৌ সিংহ, কোইজম লসমন সিংহ, থাংজম বহাদুর সিংহ, থৌদাম ইবোতোম্বী সিংহ, লাইরেনলাকপম রাজা সিংহ, নোংমাইথেম গুনি সিংহ, থাংজম মধু সিংহ, নাউরুংবম ইবোমচা সিংহ, তখেনময়ুম ইবোমচা সিংহ, ঙাইরাংবম তোমাল সিংহ, ঙাইরাংবম তোনা সিংহ, ঙাইরাংবম তামুলো সিংহ, পুখেম অমুজাউ সিংহ, থোংঙাম পারিজাৎ সিংহ, থোংঙাম নেত্রজিৎ সিংহ অসিনচিংবা অসিগা লোইননা চেংপাক লৌবা শীন্মী মরুপকী সদস্যশিং।

২০। লাইরিকয়েংবম লৈকাই শাখা কমিতি।

সর্ব্বশ্রী রাঃ কুঃ উদয়স্না, লাইরিকয়েংবম গৌরেশ্বর সিংহ (ডাক্তর), মুক্তা সিংহ, থৌদাম দেবহরি সিংহ, য়ুম্নাম শঙ্গাই সিংহ, য়ুংখাম কালাচান্দ সিংহ অসিনচিংবা।

## ভলুন্টিয়ারশিংগী সংস্থানশিং অমদি সেবা দলশিং

১। আই. এন. এ. ভি. সি. — সর্ব্বশ্রী থোকচোম অঙৌ সিংহ, রাঃ কুঃ মাইপাকসনানা লুচিংবা শাখা ১১ গী পুন্না ভলুন্টিয়ার ৩০০। ফিল্ড কমান্দর শ্রীতখেনচংবম ব্রজমনি শর্ম্মা। (ইন্দিয়ান নেসনেল আরমি ভোলুন্টিয়ার কোর) শ্রীনাওরেম অচৌ সিংহ, চোংথাম ইবোতোম্বী সিংহ অসিনচিংবা।

২। ভক্তাশ্রম — সর্ব্বশ্রীচোংথাম রাজেন ওর্ফে মতুম সিংহ (প্রেসিদেন্ট), লাইময়ুম ভির্জিৎ, গুরুঅরিবম তঙ্কেশ্বর শর্ম্মা, সুরেন্দ্র ওর্ফে তোম্বা শর্ম্মা অসিনচিংবা ভলন্টিয়ার ৮০ রোম।

৩। নাউরেম লৈকাই, চিংখম লম্ফেগী বি. রাই.ভি.এম. — সর্ব্বশ্রীনাউরেম মুহনমচা, লাইশ্রম পাখোর, নাউরেম ইবোবী, লাইশ্রম মঙ্গি, মৈত্রম অচৌ, নাউরেম

বল্লব, নামৈরাকপম দামু, শগোনশেম লালো, নামৈরাকপম যাদব, শগোনশেম অচৌ, নাউরেম খোমৈ, থিঙ্গুজম বীরহরি, নাউরেম ইবোপিশক অসিনচিংবা।

৪। য়ুম্নাম লৈকাইগী জাতীয় সেবাদল – সর্ব্বশ্রী থৌদাম কালাচান্দ, হৈস্নাম বীরমঙ্গল, রাঃ কুঃ সনাজাউবা, করাম মণিহার, য়েন্দ্রেম্বম ইবোতোম্বী, উরিকখিনবম চন্দ্র সিংহ, য়ুম্নাম তোল সিংহ, রাঃ কুঃ মনিসনা, খ্বাইরাকপম মোমোন, য়ুম্নাম ফৈজাও, রাঃ কুঃ দরেন্দ্র, লোইতোংবম কালাচান্দ, য়ুম্নাম তোলপিশক, কারাম অমুমচা, থোকচোম অমুমচা, হিজম অঙৌবী, থোকচোম ইরাবৎ, লাইশ্রম লৈরেন, চোংথাম সমরেন্দ্র, থোকচোম চন্দ্রসেখর, লৈতাঙ্থেম ইবোমচা (লৈশাবী) রাঃ কুঃ অচৌবীসনা, নামৈরাকপম পিশকতোন, ইরোম নবকান্ত, লাইশ্রম নোঙাঞ্জাও সিংহ, নামৈরাকপম নীলমণি সিংহ, সেরাম চমী, য়ুম্নাম গৌরহরী অসিনচিংবা।

৫। নোংপোক সেবাদল – সর্ব্বশ্রী ৱাংলেংজম ইবোহল সিংহ, নোংথোনবম বীর অমদি কুঞ্জোনচিংবা।

৬। চীংঙা মথাগী আইঃ ভিঃ – সর্ব্বশ্রীমাইস্নাম কাহ্নাই, ওক্রম অমুবী, পুখ্রম্বম মেরা, হিজম মঙ্গি, লোংজম তোম্বী, সেরাম বাবু, শোইরাইশম ইবোবী, খুম্বোংময়ুম অঙৌবা, মাইস্নাম পারিজাৎ, ৱাংখেম সনাজাও, সলাম লালজি, ইরোম তোম্বী, চনম মণি, চনম তোম্বা, কোইজম বীরহরি, ওক্রম ইবোহল, মাইস্নাম ইরাবন্ত, শাপম চন্দ্র সিংহ অসিনচিংবা।

৭। হাওবম মরক্কী মাতৃসেবা দল – সর্ব্বশ্রী গুরুময়ুম নুংশি শর্ম্মা, হৈনিংশুম্বম নবীন ওর্ফে ইবোহল, ৱারেপ্পম শামুঙৌ, কাংজম অঙৌ, কোংখাম ইবোবী, রাঃ কুঃ সনাজাউবা, লাংপোকলাকপম বীরচন্দ্র, কোইজম কুল, শলাম গৌরচান্দ, কোংখাম অশংবী অসিনচিংবা।

৮। খোংমন মংজিনগী ধর্ম্মরক্ষা সমিতি – সর্ব্বশ্রী শামুরাইলাৎপম ইবোরে শর্ম্মা, ককচিংতাবম লালা শর্ম্মা, ব্রহ্মচারিময়ুম অঙৌসনা শর্ম্মা, হিদংময়ুম পিশক শর্ম্মা, ইরুংবম ইবোয়াইমা, ব্রহ্মচারিময়ুম শুক শর্ম্মা অসিনচিংবা।

৯। ব্রহ্মপুর সেবা দল – সর্ব্বশ্রী চুংখাম মতুম, লোইতাম য়াইমা, গুরুঅরিবম শ্যামকিশ্বর শর্ম্মা, বাচস্পতিময়ুম অঙৌবা শর্ম্মা, চৌধুরিময়ুম ইবোমচা শর্ম্মা, ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, গুরুময়ুম ইবোবী শর্ম্মা, চৌধুরী ময়ুম রাধামানবী

শর্ম্মা, লবুকতোংবম তোম্বী শর্ম্মা, থ্াংজম চন্দ্রহাস, বাচস্পতিময়ুম তোম্বী শর্ম্মা, নিংথৌজম মধু,গুরুময়ুম রাধে শর্ম্মা অসিনচিংবা।

১০। য়াইস্কুল তেংবাং মরুপ – সর্ব্বশ্রী লাইশ্রম গুলামজাৎ, কৈশাম কোশো, রাঃকুঃ নরজিৎস্না, লৈমপোকপম গুনি, হাউবম নবকান্ত, নোংথোম্বম ইবোতোম্বী, য়ুম্নাম গোকুলানন্দ, লৈমপোকপম বিমোলচান্দ, কৈশাম মোমোন, কৈশাম পিশক (গরুর), বিজয়সনা রাঃকুঃ,লাইময়ুম জয়কৃষ্ণ শর্ম্মা, সোরোকখাইবম বীরেন, হিজম ইবোমচা অসিনচিংবা।

১১। হৈরাংগোইথোং ভলুন্টিয়ার পার্টি – সর্ব্বশ্রী কৈশাম ইবোতোন, মাইবম নিমাই, গুরুময়ুম মণি শর্ম্মা অসিনচিংবা।

১২। দেশীয় সেবা দল– সর্ব্বশ্রী শোইবম বীরচন্দ্র, লৌরেম্বম নিত্যাই, থৌনাউজম চাউবা, ঙাইরাংবম মণি, থৌনাউজম বুদ্ধা, হাওবম মণি, লৌরেম্বম ইবোপিশক, অথোকপম নরান, থম্বৌ (কম্পাউন্দর), রাঃকুঃ গুলামজাৎসনা, থোংঙাম অমুমচা, নোংমৈকাপ্পম মুক্তা, ঙাইরাংবম বাবুধন, নিংঙোম্বম ইবোপিশক, থৌনাউজম ইবোয়াইমা, নামৈরাকপম নীলমণি, শোইবম কাহ্নাই সিংহ, থোকচোম কুল সিংহ, হাওবম চন্দ্রমণি, য়াংঙৌবম চন্দ্র, থোকচোম মুহন অসিনচিংবা।

১৩। রাষ্ট্রিয় সেবা দল, ক্ষেত্রি লৈকাই – সর্ব্বশ্রী ইরেংবম পবিত্র, ক্ষেত্রিময়ুম কোকো, ক্ষেত্রিময়ুম নবদ্বীপ, ক্ষেত্রিময়ুম মণি, রাজকুমার সনাতোম্বা, শগোলসেম রূপচন্দ্র সিংহ অসিনচিংবা।

১৪। খা ইম্ফাল সেবা দল, মাইবম লৈকাই – সর্ব্বশ্রী রাঃকুঃ মণিসনা মোইরাংময়ুম কাউবা, মোইরাংথেম লিক্লাই, ইরোম গোকুলচান্দ অসিনচিংবা।

১৫। চীংঙা মখা হৈরাংগোইথোং কংগ্রেস সেবা দল – সর্ব্বশ্রী লাইময়ুম রাজবাপু শর্ম্মা, নোংমাইথেম বীরচন্দ্র, শরাংথেম কালামু অসিনচিংবা।

১৬। থিনুঙ্গৈ সেবা দল – সর্ব্বশ্রী অকোইজম কেতুকী, শামুরাইলাৎপম দামুদর শর্ম্মা, লাইময়ুম রত্নেশ্বর শর্ম্মা অসিনচিংবা।

১৭। কৈশামপাৎতগী – শ্রীলাইশ্রম ইবোবী সিংহ (সনামহী ইবোবী হায়রগা খঙনবা) অমদি অতৈ অতৈ।

সত্যাগ্রহীশিং অমদি ভলুন্টিয়ারশিংগী চান্‌-থক্লবা চেং-চাক, ইজ্জাং-নাপী

লৈনবা শ্রীএলাংবম মণি সিংহনা লুপা লিশিং ১৭ দান তৌখি। লফুদনি প্রজাদগী পুরকপা। শ্রীএলাংবম দেবেন্দ্র সিংহনসু চান-থক্কবগী শিন্নদা অচৌবা মতেং পাংখি।

(নোংমৈবুং শাখা কমিতিনা শিল লাংদুনা শ্রীথৌনাওজম ব্রজলালা সিংহনা চেং বস্তা ২, অচাথাও তিন ১, থুম হৱাইসু পীরকখি। সত্যগ্রহ আন্দোলন তৌগদবা হয়েংনি হায়বা নুমিৎতা নুংথিল পুং ১ তাবদগী নুমিদাং পুং১১ রোম তাবা ফাওবা অসি সেবাদল ময়ামদগী কারকপা মীয়াম্না য়ুন্নাম লৈকাই লমপাক চোন্না তিল্লি। মদুদা প্রজাগী সপোর্ট য়াম্না ফংলে খঙনখি। )

হৱাই-চেংৱাই, থুম, ফাবৌ অমদি মোরোক্কচিংবা পোৎশক ওইনা লুপা ৭০০ লোমগী শ্রীথৌনাউজম ইবোয়াইমা সিংহনা দান তৌখি।

শ্রীহিজম শামুঙৌ সিংহনা লুচিংদুনা রেসনগী অৱাৎ অপা লৌরুরগা পীখি। আন্দোলন অদুগী কেশিয়ার শ্রীকারাম মাইপাকপীনা ওইখি।

সত্যাগ্রহ অদুগী নিনীচনবা নবেম্বর তারিখ ৭ তা, ইম্ফাল থানা মমাঙদা পিকেটিং তৌবা কাংবুগা মতম অদুগী এস,পী ওইরম্বা শ্রীখোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহগা পিস্তোল মুন্নবগী থৌদোক্ অমা থোকখি। মহাক্না পিস্তোল শৎতোরকপা মতমদা ময়াম চঙদুনা মুনখিবনি। মতুংদা নোংমৈ গুলি খরা কাপখি। মদুদা থাংমৈবন্দদা লৈবা শ্রীশমুরাইলাৎপম বীরেন শর্ম্মাগী মখোঙদা নোংমৈ গুলি পান্দুনা শোকখি।

নুমিৎ খুদিংগী নুংথিলদা শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহনা লুচিংদুনা অচৌবা সভাযাত্রা অমা চৎপদা খ্বাইরম্বন কৈথেন মপা য়ৌরকপদা আন্দোলন অদুগী মাইয়োক্লা লৈবা শাসন পায়রিবা তোমাল কংগ্রেসকী ভলুন্টিয়ারশিংনা অথিংবা পীখি, ইন্ন-খোৎনবা থোকখি। সত্যাগ্রহী শিংদি অহিংসাগী নিয়ম কাইখিদে।

ওফিস মমাঙদা পিকেটিং তৌবসি ইম্ফালতদা নত্তনা ময়াং ইম্ফালদসু নুপী য়াওনা সরকারগী ওফিশ মমাঙদসু তৌখি।

মোইরাংখোমদগী শীংজমৈ ফাওবা বরমারোদকী লম্বী মতেক অসিদা সত্যাগ্রহী ভলুন্টিয়ারশিংনা কনাগুম্বা অরোনবা পাউ লৌবা লাকপা, পুলিশকী মীওইশিং চঙহন্দে, করিগুম্বা থেংনরবদি ফাই অদুগা মতম খরগী ওইনা সত্যাগ্রহ জেলদা থমলগা ৱা হংলবা মতুংদা থাদোকখি। নুমিদাংদা ভলুন্টিয়ারশিংনা বেঙ্গুনখোংবা য়াওনা লম্বী অসি ঙাক শেল্লি। মখোইগী অয়াবা য়াওদনা গাড়ি অমত্তা অহিংদা

চৎপা য়াহনখিদে।

আন্দোলন অদুগী মনুংদা লম্বেলদা মীয়াম চৎপা, কর্ম্মচারীশিংনা ওফিশ কাবদা অমদি গাড়ি চৎপদা অথিংবা পীখিদে। স্কুল কলেজনচিংবা মহৈ তম্ফমশংশিংদা নমদুনা হরটাল য়াওহন্দে, ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মশানা মরন্নাই হরটাল য়াওরকপদি অথিংবা লৈতে। কৈথেন দুকানশিংসু মরন্নাই নত্তনা নমদুনা হরটাল তৌহনখিবা লৈতে। হৈরাংগোইথোং, শীংজমৈ অমদি মোইরাংখোম কৈথেন চাং নাইনা অদুম্মক কাখি। খ্বাইরম্বন কৈথেন থুগাইখিবা লৈতে। মরুওইনা সরকারগী সেক্রেটরিয়েট, পুলিশ, লৌরুংশং অসিনচিংবা ওফিশশিং অসিগী মমাঙদা পিকেটিং তৌদুনা সত্যাগ্রহীশিংনা থোংগান্দা হিপ্তুনা লৈবা য়াও, লেপ্পা য়াও, ফম্বা য়াও, কর্ম্মাচারীশিং অদুনা সত্যাগ্রহীশিং অদুবু কান্দুনা চৎখিগে হায়রবদি অথিংবা লৈতনা কান্দুনা চঙবদা বেরা লৈখিদে।

লৌরুংশংগী থোংগান মমাঙদা নোংমদি, লৌরুংশং মন্ত্রী শ্রীভুবনসনানা সত্যাগ্রহীশিং কাল্লগা ওফিশতা চঙখি।

অন্দোলন অদুদা সত্যাগ্রহীশিংগী মাইকৈদগী করিগুম্বা হিংসাগী থবক অমত্তা তৌখিদে। য়াম্না শান্তিপূর্ন ওইনা, থকশি খাশি ঙাক্না চৎথখিবনি। মরম অদুদগী মতম অদুগী লাংদাই সরকার অদুনা অকনবা থবক লৌখৎপা ঙমখিদে। অন্দোলন অদুগী মনুংদা সত্যাগ্রহী নত্রগা কনাগুম্বা কংগ্রেস কর্ম্মী অমত্তা ফাখিবা লৈখিদে।

লাইবকথীবদি তোমাল কংগ্রেসকী কাংবুনা লাংদাই সরকার অদুদা মখোইগী মীহুৎ অনি য়াওবদগী মীয়ামগী ওইবা অন্দোলন অদুবু য়ৈখাইবা অমদি অথিংবা পীখি। মরুওইনা সত্যাগ্রহীশিংনা খ্বাইরম্বন ফাওদুনা সভাযাত্রা চৎকে তৌবদা কাংজৈবুং মপা য়ৌরকপদা ইতত্তনা থৌরি তিংদুনা মখোইগী ভলুন্টিয়ার অনেকপশিংনা থিংখি। অদুতসু নত্তনা, খ্বাইরম্বন থুগাইবা লাকলিবনি, অমদি য়াইস্কুল কাংবুনা খ্বাইগী মথক্তা তৌবা অন্দোলন্নি হায়না অরানবা প্রচার তৌশিন্দুনা খ্বাই য়াইস্কুল য়েংথিনবা শিনখি।

অদুবু, সত্যাগ্রহ অন্দোলন অদুদি মীয়ামগী ওইবা মীহুৎ ঙাক্তনা শেম্বা লাংদাই সরকার থম্নবা অমদি মণিপুরদা মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন লিংখৎনবা দাবী তৌদুনা চৎথখিবা মওংনি। মদু মণিপুর পুম্বগী দাবীনি অমদি কান্নবনি। মরুওইনা

অন্দোলন অদুদা শরুক য়ারিবশিং অদুসু খ্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই, ৱাংখৈ অমদি খুঙ্গং কয়াগী কর্ম্মীশিং য়াওখিবনি। য়াইস্কুলদা লৈবা য়ুম্নাম লৈকাইদা অন্দোলন অদুগী মরুওইবা মফম ওইখিবদনি। অদুবু তোমাল কংগ্রেসকী প্রচারদা য়াম্না মওং অমগুম শন্দোকখিবা অদু লাইবক থিবনি। করি অমুক হায়গনি, সত্যাগ্রহীশিংবু শাওহন্নবনি হায়দুনা তোম্পোক 'মহারাজ' হায়না ফাওবা প্রচার তৌখিবনি।

অন্দোলন অদুগী মনুংদা ভলুন্টিয়ার খরনা ইম্ফালগী অকোইবদা প্রচার চৎপা মতমদা, "আইনসভা লিংখৎলু, মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন লিংখৎলু" হায়না স্লোগান লাউবগা লোইননা "মণিপুর রাজা গুন্দা হৈ, ভুলো মৎ ভুলো মৎ" হায়বা খোল্লাউ অসিসু য়াওখি। মদু কোনুংদা ফাওবা অঙাংশিং শান্নবদা লাউখি হায়। নোংমা নিনি লাউরবদা কাউন্সিল ওফ এক্সননা থিংখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুরগী ওইনা ইহান হানবা রাজনীতিগী দাবী য়াওনা মীয়ামগী ওইবা সত্যাগ্রহ অন্দোলন অদু খ্বাইদগী হেন্নসু চাউবা মওং অমদা চৎথখি। নুমিৎ খুদিংগী তোঙান তোঙানবা লুচিংবা হাপ্তুনা ভলুন্টিয়ার অমদি সত্যাগ্রহী চামঙা চামঙাগী কাংবুনা পিকেটিং চৎথখি অমদি পুলিশনা ফুবা, ফাববু শিংনখি।

মতম অদুদা মণিপুরগী দোমিনিয়ন এজেন্ট ওইরম্বা অসাম কংগ্রেসকী বিধান সভাগী অধ্যক্ষ ওইখিবা, শ্রীদেবেশ্বর শর্ম্মানা অন্দোলন অদু তোক্নবা কংগ্রেসকী লুচিংবশিংগা উননবা য়ুম্নাম লৈকাইদা লাকখি। অদুবু, অন্দোলন অদুগী দাবীশিং অদু শোইদনা মহারাজবু পীহল্লগনি হায়বদুগী শোইদবা ৱা হায়বা ঙমদবনা, মহাক্কী হোৎনবা অদু মহৈ য়ানখিদে। অমরোমদা মহাকপু নুপীশিংনা য়ুম্নাম লৈকায় য়ুমজাও লাইরেম্বীগী লম্পাক্তা ঘেরাউ তৌদুনা নুংদাংৱাইরম ফাওবা থমখি। অদুবু মমৈথংদা থাদোকখি। শ্রীদেবেশ্বর শর্ম্মা সিফাই অমত্তা য়াওদনা লাকখি অদুগা মীয়ামগী অপাম্বা অদু চপচানা ইকাইখুম্নবা উৎখি। অকনবা থবক লৌখৎনবা থৌরাং তৌখিদে।

অসুম্না অন্দোলন অদু চৎথরকপা অসিগী মনুংদা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিনা শ্রীচন্দ্রকুমার শর্ম্মাবু, মহাত্মা গান্ধী উনরুনবা অমদি মহাক্কী পাউতাক অমদি অশীবর্বাদ লৌরুনবা সেবাগ্রামদা, কংগ্রেসকী মীহুৎ ওইনা থাখি। ডাক্তর রাম মনোহর লোহিয়াগা উনদুনা, মহাক্কা লোইননা শ্রীচন্দ্রকুমার শর্ম্মানা মহাত্মাগান্ধীগা

উন্নখি।

শ্রীশর্ম্মনা মহাত্মা গান্ধীদা পীবা মেমোরেন্দমদা পনখিবা মরূওইবা ৱারমদি কংগ্রেসনা দায়িত্বশীল শাসনগী অন্দোলন তৌরিবা অদু নমথনবা অসাম রাইফলস অসি শীজিন্নরকপা য়াই মদু থিংননবা তৌবিয়ু অমদি অন্দোলন অদুদা সহযোগ তৌবা ওইনা তেংবাংবিয়ু হায়বা অদুনি। অদুবু লাইবক থীবদি নুমিৎ অদু মহাত্মাগী মৌনব্রত (তুমিন্না লৈবা, ৱাঙাংদবা) নুমিৎ ওইরমদুনা ৱারী শাবা য়াদবনা অইবা চে পীশিন্দুনা, অইবা পাউখুমদা সর্দার পেতেলগা উননবা পাউতাক পীরকখি।

শ্রীচন্দ্রকুমারনা সর্দার পেতেলগসু উন্নখি। সত্যাগ্রহ অন্দোলন অদু অহিংসা ওইনা চৎথনবা পাউতাক পীরকই।

মহারাজনা লাওথোকপা অমগী মতুং ইন্না সত্যাগ্রহ অন্দোলন অদু ১৯৪৭ কী নবেম্বর তাং ২৬ তা লোয়শিনখি।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭

### (১৯৪৭ কী মণিপুরগী লৈঙাকলোন, সংবিধান)

মণিপুরগী সংবিধান শেমনবা কমিতিনা শেমখিবা সংবিধান অদু মণিপুরগী মহারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা য়াদুনা সহি তৌরবা মতুংদা "মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭" হায়না কৌদুনা ১৯৪৮ দগী চৎনবা হৌখি।

মরুওইবা চাউরাকপা মওংশিং

(১) সংবিধান অসিগী মতুংইন্না মণিপুরগী মহারাজনা অতোং-অরেম ওইনা লৈবা মকোক (কনষ্টিট্যুসনেল হেদ) অমা ওইরগনি। আর্টিকল নম্বর ৯ শুবগী (খ)গী মতুংইন্না।

(২) মণিপুরগী আইন সভা (বিধান সভা) অমা লৈগনি। আইন সভা অদু চহী অহুমগীদমক ওইনা মীয়ান্না খনগনি। সাবালক ভোটনা, নীংতম্বা অমদি পুন্না লৈবা ভোটরগী নিয়মদা (জোইন্ট ইলেক্তোরেটকী মওংদা) ভোট পীদুনা খল্লবা মীহুৎশিংনা সভা অদু শেমগনি।

ষ্টেটকী আইন সভা অদুদা খনগদৌরিবা অমদি কারক্কদৌরিবা মীয়ামগী মীহুৎশিং অদু জেনেরেল কনষ্টিট্যুনসি (কেন্দ্র) শিংদগী ৩০ চীংগী কেন্দ্রশিংদগী ১৮ অদুগা পাঙনগী কেন্দ্রশিংদগী ৩ ওইগনি, মদুগী মথক্তা শিক্ষাগী মীহুৎ অমা অমদি লল্লোন-ইতিক্কী থবক তৌবশিংগী মীহুৎ অমা য়াওগনি। পুন্না মীহুৎ ৫৩ লৈগনি।

ষ্টেটকী আইন সভা অসিনা লৈবাক্কী শাসনগা অমদি য়াইফ-নুংঙাইনবগা মরী লৈনবা হীরম পুন্নমক থন্ন-নৈনবা য়াগনি। মহারাজগী থোইদোকপা শক্তি অদুগা মরী লৈনবা রাফম নত্তবা, মন্ত্রি মন্দলদা আইন সভানা করিগুম্বা হীরম অমগী মতাংদা

পীগদৌবা পাউতাক অদু, সভানা খন্ন-নৈনবা য়াগনি। অদুমকপু, মীয়ামগী স্বার্থদ তঙাইফদে হায়না মহারাজনা খল্লবদি মন্ত্রি-মন্দল (নত্রগা কাউন্সিল) গী পাউতাক লৌরগা মহারাজনা করিগুম্বা হীরম অমদা সভানা খন্নরিবা অদু তোকহনবা ঙমই।

আইন সভাদা কারকলিবা চীংগী মীহুৎশিংগী মশীং য়াম্বনা য়াবা নত্রবদি, চীংগী মরুওইবা য়াফমগা মরী লৈনবা হীরম অমত্তগী মরমদদি ষ্টেটকী আইন সভানা কাউন্সিলদা পাউতাক পীরোইদৌবনি (পীবা য়ারোই)।

আইন সভাগী মীফম ফমলিঙৈ মনুংদা কনাগুম্ব আইন সভাগী সদস্য অমবু, সিভিল প্রোসেসকী মখাদা, ফাবা নত্রগা জেলদা থম্বা য়ারোই। আইন সভানা শেম্বনা কমিতিগী সদস্য অমবু কমিটি অদুগী মীতিন তৌরিঙৈ মনুংদসু মহাকপু ফাবা নত্রগা জেলদা থম্বা য়ারোই।

আইন সভাগী সদস্যশিং অদুনা সভা মনুংদা ঙাঙনিংবা ব্রা ঙাংবা য়াই অদুগা কনাগুম্বা সদস্য অমবু আইনসভাদা নত্রগা কমিতি ১দা ঙাঙখিবা ব্রা অমদি পীখিবা ভোট অদুগী মরীদা করিগুম্বা ব্রায়েনশং অমত্তদা কেশ লৌখৎপা য়ারোই।

আইন শেম্বগী শক্তি অদুদি মহারাজ, কাউন্সিল অমদি আইন সভানা শীজন্নগনি। কাউন্সিল নত্রগা আইন সভানা আইন অমা শেম্বা তারবদি কাউন্সিলনা বিল অমা শেমহনগনি অদুগা মদু সভাদা খন্ননবা সভাগী মমাঙদা পুথোক্কনি; অদুগী মতুংদা কাউন্সিলনা আইনসভাগী পাউতাক মতুংইন্না শেমদোক শেমজিন তৌহল্লগা মুখ্য মন্ত্রিনা বিল অদুগী অরোইবা মওংদা মহারাজগী অয়াবা লৌনবা পীখৎকনি।

আইন সভানা, শেলথুমগী মন্ত্রিনা পুখৎলকপা বজেট (শেলথুমগী হিসাব) অদু খন্নরবা মতুংদা কাউন্সিলদা মখোইগী প্রস্তাব (রিকোমেন্দেসন) অদু পীখৎকনি। কাউন্সিলনা তঙাইফদে হায়না খন্নবা য়াবা মওংদা শেমদোক্কবা মতুংদা মহারাজগী অয়াবা লৌনবা থাগৎকনি।

মহারাজগী শীজিন্নবা শেনফম (সিভিল লিষ্ট) অদু মমাঙগী চহী অহুম অদুদা ষ্টেটকী ওইনা কাখিবা অশেংবা খাজনাশিং অদুগী ১০০ দা ১০ গা মান্নবা শেনফম অদুনা ওইগনি। মহারাজগী সিভিল লিষ্টকী শীজিন্নবগী মওং অদুদি আইনসভানা খন্নবা অমদি ভোট পীনবা য়ারোই। সিভিল লিষ্ট শেম্বদা করিগুম্বা চহী অমদা কাখিবা খাজনা অদুগী লুপা লাখ ২০দগী অহেনবা শেনফম অদুদি পানবদা য়াওরোই।

(৩) থবক পাঙথোকপা (একজিকুত্যিতিব) সংস্থান –

মন্ত্রি-মন্দল (কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরস) নত্রগা কাউন্সিল হায়রগস্ খঙনবা সংস্থান অমনা মণিপুর ষ্টেটকী সাসনগী থবক পাঙথোকপগী শক্তি লৈবা সংস্থান ওইগনি। কাউন্সিল অদু মুখ্য মন্ত্রী অমদি অতৈ মন্ত্রী ৬না শাগনি। কাউন্সিলদা য়াওগদবা মন্ত্রীশিং অদুগী মনুংদা অনিথক্তি চীংগী মীহুৎ ওইগনি অদুগা মন্ত্রী তরুক অদু আইনসভানা খনগনি। মুখ্য মন্ত্রী অদুদি আইন সভানা খল্লবা মন্ত্রীশিংগা তান্নরগা মহারাজনা হাপকনি। মন্ত্রী ওইরে হায়না হপ্লগী থবক্তি মহারাজনা তৌগনি।

মন্ত্রী লৌথোকনবা য়ারোল –

সংবিধানগী আর্টিকল ১৬ শুবা অমদি ২১ শুবগী মতুংইন্না কাউন্সিলদা য়াওবা মন্ত্রি অমবু মহাক মশাগী থবকশিং অদুদা পেন্নরক্তবদগী মাগী মায়োক্তা থাজদবগী প্রস্তাব (নো কনফিদেন্স মোসন) গী ভোট লৌনরগা আইন সভানা পাস তৌগনি। মওংদি থাজদবগী প্রস্তাব অদু সভাগী সদস্য ১০দগী তাদবনা সহি তৌদুনা, প্রস্তাব অদুগী মরমদা অকুপ্পা অচুম্বা য়ারোলশিংগা লোইননা আইন সভাগী অধ্যক্ষগী অয়াবা লৌরগা প্রস্তাব তৌবা য়াই। অসিগুম্বা প্রস্তাব অদু নুমীৎ অদুদা কারকপা আইন সভাগী সদস্যশিংগী ১০০গী মনুংদা ৭৫ না (হায়বদি, সদস্য ৫৩গী মনুংদা ৩৯ না) য়ারে হায়না ভোট পীরবা মতুং, অদুগা মুখ্য মন্ত্রীগী থোঙদা মহারাজদা লানখৎকনি। মহারাজনা প্রস্তাব অদুগী মায়োক্তা অকনবা অমদি চৎনবা য়াবা মরম লৈ হায়না উদ্রবদি, মুখ্য মন্ত্রীগা তান্নরগা থাজদবগী প্রস্তাব থাঙ্গৎতুনা আইনসভাগী সদস্যশিংনা থাজদে হায়না য়াখ্রবা মন্ত্রী অদু মফম থাদোকহনগনি।

(৪) মহারাজগী শক্তিশিং –

মহারাজগী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি লৈ। মদুগী মতুংইন্না নিংথৌগী ইমুং-মনুংগী মকোক ওইনা মহারাজগীতা ওইবা থবক, ধর্ম্মগী ঙাকশেনবা (দিফেন্দর ওফ ফেইথ), মদুগা মরী লৈনবা হীরম পুন্নমক্তা, অমদি মিংথোন, ইকাই-খুন্নবা উৎপা অদুগা কোনুংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মশিংগী হীরম পুন্নমক্তা মহারাজগী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি লৈ। হীরমশিং অসিদা মহারাজনা নীংবা মতুংইন্না মপুং ফাবা শক্তি শীজিন্নগনি। অদুমকপু ষ্টেট শাসনগী আইন মতুংইন্না লৈবা স্বার্থশিংগী করিগুম্বা হীরম অমবুদি মহারাজগী থোইদোক-হেন্দোকপা শক্তিগী মনুং চল্লোই।

আইনগী ৱায়েনশং অমদা চংনহনবা য়াবা মীয়ামগী অধিকারশিং অদুসু মহারাজগী শক্তিগী মনুং চল্লোই।

মহারাজনা মণিপুর ষ্টেটকী কোর্ট এষ্টকা চুননা কনাগুম্বা মরাল লৈরবশিংবু ঙাকপিবা নত্রগা দন্দি কোকপিবা ঙমই। মহারাজ অমদি মহারাণীদি করিগুম্বা আইন অমগী মখা পোন্দে হায়বা নত্রগা ৱায়েনশংশিংদা আইনগী মতুং ইন্না মখোইগী মথক্তা কেশ তৌবা য়ারোই হায়বসি মহারাজগী থোইদোক-হেন্দোকপা শক্তিগী মনুং চল্লি। মখোইগী মশা ১দি সমপত্তি পুন্নমক অদু মাঙহনবা য়ারোই।

অদুমকপু, মহারাজ নত্রগা মহারাণীনা মীহাৎপগী নত্রগা করিগুম্বা য়াম্না শাথিবা মরাল অমা তৌরুবগী নত্রগা সংবিধানগী পীরিবা নিয়মশিংগী মায়োক্তা খ্বাইদগী হেন্না শাথিবা মওংগী রাজনীতিগী ফত্তবা থবক তৌরুবগী, চিংনবা য়াবা পুন্নমক্কী ৱাংমদা মরাল লৈরে হায়বদু প্রমান ফংলবদি মুখ্য মন্ত্রিগা তান্নরগা ষ্টেট কাউন্সিল অসিনা মহারাজ নত্রগা মহারাণীগী মাইয়োক্তা চার্জ তৌবা ৱারোল অমা শেম্বা হায়বসি আইন্না য়াবা মওং ওইগনি। চার্জশিং য়াওবা ৱারোল অদু মহারাজ নত্রগা মহারাণীদা লানখৎলগা মদুগী মরমদা কাউন্সিলনা পেনগদৌবা মওংদা জবান পীবা তাই। মদুদা কাউন্সিলনা পেন্দ্রবদি, মতুংদা লেপনগদৌবা কর্ত্তৃপক্ষ অমদা ৱাফম অদু পীগনি।

## ইমর্জেন্সি শক্তি

করিগুম্বা অরুবা মতম (ইমর্জেন্সি মতম) লাকপদা মীয়ামগী স্বার্থদা হুকুম তৌবগী তঙাইফদবা লৈরবদি আইনসভাদা মাঙজৌননা তাকলমদনা আইনগী মপাঙ্গল লৈবা হুকুম তৌবগী চপচাবা অধিকার অদু, কাউন্সিলগা কোন্নবা মহারাজদা (মহারাজ-ইন-কাউন্সিল) লৈ। অদুগুম্বা হুকুম অদু থা তরুক্কী মতমদগী হেন্না আইন ওইনা চংনরোই। অদুগা মদু আইনসভাগী মীফম ফমলকপগী ইহান হানবা খুদোংচাবা মতমদা সভাগী মাঙদা পুথোক্কনি।

## ফম হাপ্পগী শক্তি

ওফিসার ওইনা লৌরবা মুখ্য-মন্ত্রি য়াওনা, ষ্টেট অসিগী ওদিতর অমা অমদি ষ্টেট অসিগী চীফ জষ্টিসকা লোইননা অতৈ বিচারপতি অনি মহারাজনা হাপকনি।

মন্ত্রীশিংগী মথক্তা লৈবা শক্তি

মন্ত্রীশিংগী কাউন্সিল অদু ষ্টেট অসিগী শাসনগীদমক মহারাজদা পুন্না দায়িত্ব লৈগনি (আর্টিকল নম্বর ১২ শুবগী মতুংইন্না)।

## আইন সভাগী মথক্তা লৈবা শক্তি

মহারাজগী অয়াবা ফংদ্রবদি আইন সভানা য়ারবা বিল অমত্তা এক্ট ওইবা য়াদে।

মহারাজনা করিগুম্বা বিল অমবু য়াবা নত্রগা য়াদবা ঙমই। মহারাজদা বিল অমা পীখৎখ্রবা মতুং থা অমগী মনুংদা মহাক্কী অয়াবা অদু পীরক্ত্রবদি মহারাজনা বিল অদু য়াদ্রে হায়না লৌগনি।

অদুমকপু অসিগুম্বা ফিভম লাকপদা কাউন্সিলনা মথঙগী আইন সভাগী মীফমদা বিল অদুমক অমুক হন্না পুথোকখ্রগা মদু শেমদোকপা অমত্তা য়াওদনা আইন সভাগী সদস্যশিংগী ১০০দা ৭৫না য়ারে হায়না পাশ তৌরবদি কাউন্সিলগী মোহর নমলগা আইন ওইগনি।

(৫) ফম হাপনবা বোর্দ –

কাউন্সিলনা মণিপুর ষ্টেট এপোইন্টমেন্টস বোর্দ অমা শেমগনি অদুগা মদুগী নিয়মনচিংবা শেমগনি। বোর্দ অদুদা চীংগী মী অমগা য়াওনা সদস্য অহুমদগী তাদনা লৈগনি অদুগা চেয়ারমেন অমগা য়াওগনি।

ষ্টেটকী সার্বিসকী মতাংদা ফম হাপ্পা অমদি মথক্কী থাক্তা ফম কাহনবগা মরী লৈনবা থবক পুন্নমক্তা বোর্দ অসিনা লেপ্পা অদুনা অরোইবা ওইগনি।

(৬) থৌপাঙবগী (একজিক্যুতিবকী) থবক্কা ৱায়েনবগী থবক্কা (জুদিসিয়ারি) মপুংফানা থায়দোক্করগনি।

মণিপুর ষ্টেট কোর্টস এক্ট, ১৯৪৭ তা ষ্টেট অসিগী ৱায়েন-পথাপ য়াওরবনি।

(৭) অতোপ্পা মরুওইবা শক্তম অমদি নাগরিকশিংগী মরুওইবা অধিকারশিং অমদি থৌদাংশিং অদুনি।

সংবিধানগী ১০ শুবা পন্দুপতা আর্টিকল নম্বর ৪৪ দগী ৫৫ ফাওবদা য়াওরিবশিং অদু মতাং অসিগী মরমদনি। আর্টিকল নম্বর ৫২ শুবদা য়াওরিবা অদু

পুক্লিং চিংশিনবা য়াই। সমাজগী, শেলথুমগী অমদি রাজনিতিগী অচুম্বা রায়েল, থাক মান্নবা, খুদোংচাবা মান্নবা অমদি আইনগী মিৎয়েংদা মী খুদিংবু চপ মান্নবা মওং রাখল খনবা অমদি ফোঙদোকপগী অধিকার, থাজবা, লাইখুরুম্বা, শীনফম অমা লৌখৎপা, সংস্থান (মরুপ) শেম্বা অমদি আইন অমসুং মীয়ামগী লীচৎ কায়দনা তৌনিংবা থবক তৌবা য়াবগী অধিকারশিং অদু শোইদনা মী পুন্নমক্তা পীগনি হায়বসি য়াওই।

(৮) সংবিধান অসিগী করিগুম্বা মতাং অমা শেমদোকপা তারবদি আইন সভাগী অরাকপা সদস্যশিংগী ১০০দা ৮০ না য়ারে হায়না শৌগৎপা তাই।

(৯) ষ্টেট অসিগী সরকারগী লোইশংশিংদা (কোর্ট লেংগুইজদি) শীজিন্নগদৌবা লোন অদু মৈতৈরোন নত্রগা ইংগ্রেজী লোন্না ওইগনি।

## ১৯৪৭ কী লৈঙাকলোনগী মরমদা নৈনবা – লৌখৎপা য়াবা মতাং –

১৯৪৭ কী লৈঙাকলোন অসিগী কান্নবা অমদি রাজনীতিগী থাক য়েংলগদি লৈঙাকলোন অসি মমল য়ামখ্রবা ইতিহাসকী মচাক অমনি।

১৮৯১ দা মণিপুর নিংতম্বা মাঙখিদুনা লোইচনবদা হালেংবা লৈত্রবা বৃটিশকী লোইলম ওইনা লৈবা হৌখি। চহী ৫৬ কী মতুংদা ভারতনা ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দা নিংতম্বগা লোইননা মণিপুরসু নিংতমখি। অদুমকপু মণিপুরনা মরন্নাই নিংতম্না পানজবা লৈবাক অমা ওইবা রাগনি খনবদগী ভারত দোমিনিয়ন সরকারদা মপালগী থৌরম (ফোরেন এফেয়ার্স), ঙাকশেনবা (দিফেন্স) অমদি ঈ-পাউ থবক (কম্যুনিকেসন), হীরম অহুম অসি শিন্নদুনা ভরততা য়াওবগী অহানবা তাংকক হৌখি।

বৃটিশনা পাল্লিঙৈ মনুং অদুদা মণিপুরগী রাজনীতিগী থাক অদু হন্থখ্রবসু "মণিপুর ষ্টেট" হায়না অদুম্মক কৌরম্মী। থাঙ্গৈশেংবদি "দেশীয় রাজ্য" (নেতিব ষ্টেট) কী মওংনি। অদুগী মতুংদা মণিপুরগী ১৯৪৭ কী লৈঙাকলোন অসি শেমলকপগা লোইননা মণিপুরগী রাজনীতিগী থাক অদু নীংতম্বগী মওংদা লাকখি। মথক্তা হায়রিবা হীরম অহুম অদু নত্তবা অতৈ হীরম পুন্নমক্তা ভারত সরকারগী মখা পোন্দে। মহারাজনা মণিপুর সরকারগী মকোকনি। মহাক্কা অমরোমদা

ইংলণ্ডগী নিংথৌগুম্না অতোং-অরেম ওইনা লৈবগী মওংসু লৈঙাকলোন অসিদা উৎলি।

লৈঙাকলোন অসিনা মণিপুরদা অমদি ভারতকী মনুংদা ইহান-হানবা ওইনা চহী ২১ শুরবা নুপা-নুপী খুদিংমক্না (সাবালক) ভোট থাদবা য়াবগী হক অদু পীখি। (লৈঙাকলোন অসিগী মতুংইন্না ১৯৪৮ দা মণিপুরদা অহানবা আইনসভাগী মীখল পাঙথোকখি)।

আইনসভাগী মীহুৎ ৫৩ লৈগদৌবা অদুগী মনুংদা ৩০না জেনেরেল হায়বদি পাঙল, চীংমী অমদি মৈতৈনা লেপ্পা য়াবা কেন্দ্রনি। ১৮ না চীংগী মীতনা লেপ্পা য়াবা কেন্দ্রদগী কারকপা অমদি ৩না পাঙনতনা লেপ্পা য়াবা কেন্দ্রদগী কারকপা মীহুৎ ওইগনি হায়বদু ময়েক শেংনা য়াওই। অদুগী মথক্তা মহৈমশিংগী মীহুৎ অমগা লল্লোন-ইটিক্কী মীহুৎ অমগা য়াওই। মীহুৎ লৈগদৌবা মওং অসি ফজনা য়েনথোকলমই অমদি খুন্নাইগী ওইজবা ঙাকপগী মওংনি। পাংঙন খরা য়াম্না তাবা খুল খেরগাও, লিলোং অমদি য়াইরিপোক্তগী পাঙন মীহুৎ কাফম কেন্দ্র ওইহনখি। কেন্দ্র অহুম অসিদগী পাংঙন অহুমনে অদুগা পাঙন নত্তবা (হায়বদি মৈতৈ) অহুমনে মীখলদা থনগদবনি।

মণিপুরগী ৱায়েন পথাপ (জুদিসিয়ারী) অসি লৈবাক ঙাকপ (একজিক্যুতিভ) দগী তোঙান্না লৈগনি হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। মণিপুরগী হায় কোর্টমক হায়দ্রবসু মণিপুরগী লনাই ওইনা খ্বাইদগী ৱাংবা ৱয়েনশং থম্বগী ৱা য়াওই। চীফ জষ্টিস অমা অদুগা অতৈ চুম্নগী জষ্টিস অনি হাপ্পগী ৱা য়াওরিবদুনা উৎলে। পূম্নমক অসিদি অফবা অমদি কান্নবা ঙাক্তনি।

## লৈঙাকলোন অসিগী অশোয়বা খরা

অসুক ফরবা অমদি ফজরবা লৈঙাকলোন অসিদা চাউরবা অশোয়বা খরা য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওখি। শোয়রবশিং অদুদি —

(ক) মণিপুরগী মুখ্য-মন্ত্রী ওইগদৌরিবা মীশক অদু আইন সভাগী সদস্য ওইরবসু ওইদ্রবসু মহারাজনা পাম্বা মী অমবু হাপ্পা ঙম্বগী শক্তি পীবা।

(খ) গনতন্ত্রগী পথাপ মতুংইন্নদি পার্লীয়ামেণ্টরি সরকার লৈবা লৈবাকশিংগী

লৈঙাকলোন্দদি, মকোক ওইনা পুগদৌবা মন্ত্রী অদু মীয়াম্না খনবা মীহুৎ ওইফম থোকপনা আইন সভাগী সদস্য নত্তবা মীশক অমবু সভা অদুগী মীশিং য়াম্না কাংবুনা লুচিংবা ওইনা খল্লগা মকোক ওইবা মন্ত্রী য়াওনা, মন্ত্রী অমা ওইহনবদি য়াই। অদুবু মহাক্না ফম অদু ওইবা মতুং থা তরুক্কী মনুংদা কেন্দ্র অমদগী মীহুৎ ওইনা কারকলগা আইনসভাগী সদস্য ওইগদৌবনি। মদু ঙমদ্রবদি মন্ত্রী ওইবা তোক্কদবনি হায়বসি ১৯৩৫ গী ভারতকী গভর্নমেন্ট ওব ইন্দিয়া এক্টতা ফাওবা য়াওই। হৌজিক চৎনরিবা ভারতকী লৈঙাকলোন্দসু য়াওই। ৱাফম অসি ১৯৪৭ কী মণিপুরগী লৈঙাকলোন্দা য়াওরমদে। (মরম অদুনা আইন সভাগী সদস্য শুকওই ওইখিদবা কেপটেন প্রিয়ব্রতাবু ময়াম্বুং ইবুংঙো বোধচন্দ্রনা মুখ্য মন্ত্রী হাপখি)।

(গ) মীয়ামগী অমদি রাজনৈতিক দলশিংগী দাবীদি "দায়িত্বশীল শাসন" রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট হায়বদুনি। মসিগী মওংদি আইনসভাদা কারিবা মীয়ামগী মীহুৎশিং অদুনা তংখাই তারগা অমা হেনবা মাইকৈনা মন্ত্রী হাপ্পা অমদি লৌথোকপা ঙম্বা হায়বনি। শাসনগী মকোক অদুনা অপাম্বা মীশকপু মন্ত্রী হাপ্পা লৌথোকপা ঙমদে। অদুবু মণিপুরগী মন্ত্রিশিং অদু পুন্না মহারাজদা দায়ীত্ব ওইগনি হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওই। দ্রাফট ওইরিঙৈদসু ৱাফম অসি য়াওবগী মথক্তা মন্ত্রীশিং অদুনা আইনসভাদা রেসপোনসিব ওইগনি হায়বদি আইনসভানা হায়বা খরা মখৈদি তাবিগনি, দায়ীত্বদি ওইরোই হায়বসি য়াওবনি।

(ঘ) দায়িত্বশীল শাসন হায়বগী চৎনবীদি মন্ত্রিমণ্ডলনা আইনসভাদা দায়ীত্ব ওইগনি হায়বনি। অতোপ্পা অমদা দায়ীত্ব ওইবা তারবদি মদু দায়িত্বশীল শাসনদি ওইদ্রে।

অদুগী মথক্তা মন্ত্রী অমবু (অনাস্থা প্রস্তাব) থাজদবগী প্রস্তাব অদু চুন্নগী আইনসভাগী তংখায়গী মশীং অদুদগী অমা হেনবা (মেজোরিতি) মীহুৎশিংনা য়াবগী মহুত্তা, আইনসভাগী সদস্যশিংগী ১০০ দা ৭৫ (শরুক ৪ থোকপগী অহুম) না থাজদবগী প্রস্তাব অদুবু য়ারবদি মন্ত্রী অদু মহারাজনা তোকহনগনি হায়বসি গনতন্ত্রগী চৎনবী নত্তে। ৱাফম অসিনা ওইহনলকপা য়াবা মওং খরা নৈনবা য়াই।

আইনসভাগী সদস্য ৫৩ লৈগদৌবা অদুগী মনুংদা অমনা অধ্যক্ষ (স্পিকর)

লৌথোকখি।

লান মনুং অদুদা মণিপুর মহারাজগী শক্তি খর মতম খর শীজিন্নবা য়াহন্দনা লৌথোক্তুনা থমখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাউ লোইরবদা খৃঃ ১৯৪৫ দা মহারাজ অমদি দরবারগী শক্তি অমুক হনজিনহনখি। বোধচন্দ্রগী মতমদসু মণিপুর ষ্টেট দরবার হায়বা অদুনা শাসন পুবগী মওং অদু অদুম্মক চত্থখি।

অদুমকপু খৃঃ ১৯৪৬ তগীনা ১৯৪৯ ফাওবগী মনুং অদুদগী মণিপুরগী রাজনৈতিক ইতিহাসকী খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক অমদি অহোংবা কয়া থোকখি। মদুগী মনুংদগী মরুওইবা নীংশিংবা য়াবা থৌদোকশিং –

(১) ১৯৪৬ কী ওক্টোবর তারিখ ৪ – মণিপুরদা কংগ্রেস সংস্থান লিংখৎখিবা

(২) খৃঃ ১৯৪৭ মার্চ তারিখ ১০ – শ্রী যুৎ বোধচন্দ্রনা সনা কোনুংগী দরবার হোলদা লেঙথোক্তুনা পাখংবা ফিরান হায়গৎখি অমদি লাক্কদৌরিবা অনৌবা শাসনগী মরীদা সনা য়াথং লাউথোকখি। মণিপুরগী সংবিধান শেম্নবা কমিতি – কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিতি অমা শেমগনি হায়না মহারাজনা লাউথোকখি। মদুদা য়াওগদবা মীওইশিংদি (১) দরবার মেম্বর অনি, (২) চীফ কোর্টকী বিচারপতি অমা, (৩) ওফিশকী নত্তবা অহাপ্পা মীশক অমা, (৪) জিরিবামগী মীহুৎ অমা, (৫) তম্পাক্কী অখনবা মীহুৎ মঙা, অমদি (৬) চীংগী অখনবা মীহুৎ মঙা, অদুগা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্ট, পিয়ার্সন্না চেয়ারমেন ওইবা অসিনি। নুমিৎ অদুদগী মণিপুরনা বৃটিশ সরকারদা কারম্বা চহিদা লুপা লিশিং ৫০ গী লোইপোৎ পীবা অদু তোকখ্রে।

(৩) খৃঃ ১৯৪৭ কী জুলাই তারিক ১ দগী মণিপুর ষ্টেট দরবার কৌবা তোক্তুনা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল কৌখি। অমদি হান্না দরবার মেম্বর কৌরম্বা ফম অদু মন্ত্রী হায়না হোংখি। জুলাই ২৬ তা কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিতিনা শেম্বা ড্রাফট কনষ্টিট্যুসন লোইরদুনা মহারাজদা লানখৎখি। মহারাজনা য়ারবা মতুংদা মদু মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ হায়না খঙনখি।

(৪) খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট থাদা লাংদাই সরকার (ইন্টরীম গবর্নমেন্ট) শেম্বগী মতাংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কাইনখি। কংগ্রেস অনি লৈখি। মতুংদা তোম্পোক

কংগ্রেস, তোমাল কংগ্রেস হায়না খণ্ডনখি।

(৫) ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৩ দা মণিপুর অসি ভারত্তা হীরম অহুমদা য়াওরে হায়বগী ইনষ্টুমেণ্ট ওব এক্সেসন কৌবা দলিল্দা মহারাজনা সহি তৌখি। হীরম অহুম অদুদি, মপান্দগী লান্দারকপা ঙাকশেনবা (দিফেন্স), ঈ-পাও লম্বী-থোং (কম্যুনিকেসন) অমদি মপান লৈবাকশিংগা লৈনবা মরীগী থবক (ফোরেন এফায়র্স) অসিনি। অতৈ হীরমশিংদদি মণিপুরনা নীংতম্বা মওংগী শাসন লৈগনি।

(৬) ১৯৪৭ কী আগষ্ট তারিখ ১৪ মণিপুরগী অনৌবা মন্ত্রী হাপ্তুনা লাংদাই সরকার (ইণ্টরীম গবর্নমেণ্ট) শেমখি। শ্রীপ্রিয়ব্রতা সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইদুনা মন্ত্রী তরুক অমগনা কাউন্সিল ওব মিনিষ্টর্স (মন্ত্রিমণ্ডল অমা) লৈহনখি মদুনা ১৯৪৭ কী আগষ্ট তারিখ ১৪ দগীনা ১৯৪৮ গী ওক্টোবর তারিখ ৭ ফাওবা থবক পুখি।

অহাপ্পা মন্ত্রী ওইখিবশিংগী মমিং অমদি পুখিবা থবকশিং —

| | | |
|---|---|---|
| (ক) | শ্রীমহারাজকুমার প্রিয়ব্রতা সিংহ | মুখ্য মন্ত্রী; |
| (খ) | শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (কংগ্রেস) | শেনথুমগী মন্ত্রী; |
| (গ) | শ্রীরাঃ কুঃ ভূবনসনা সিংহ (কংগ্রেস) | রেবিন্যু মন্ত্রি; |
| (ঘ) | শ্রীকোঞ্জেংবম গৌর সিংহ (ওফিশরগী ওইনা) | শিক্ষা মন্ত্রী; |
| (ঙ) | শ্রীমৌলবী বসিরুদ্দিন অহম্মদ (ওফিশরগী ওইনা) | হকশেল অমদি পিঃ দব্লিউঃ দিঃ মন্ত্রী; |
| (চ) | মেজর খথিং | চীংগী শাসন পুবা মন্ত্রী; |
| (ছ) | শ্রীটিঃ সিঃ টিয়ানখম | লৌউশিংউবা অমদি উমংগী মন্ত্রী। |

(৭) খৃঃ ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ ভারতনা মনীং তম্বগা লোইননা মণিপুরসু বৃটিশকী পরামাউন্সিদগী নম্থেক্তুনা নিংতম্রবা নিংথৌপানবা লৈবাক ওইখি। নুমিৎ অদুদা সনা কোনুংদা পাখংবা ফিরাল হাইগৎখি। অমরোমদা মণিপুর পুম্বা শিনবা থুংনা ভারত নীংতম্বগী দিবস পালন তৌখি।

(৮) খৃঃ ১৯৪৭ কী সেপ্টেম্বর ১৯ দগী ২৪ ফাওবা কোনুংগী মথোঙ মমাঙদা কংগ্রেসনা ফিরান অমদি তুপী চঙহন্দবগী মাইয়োক্তা সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌখি।

(৯) খৃঃ ১৯৪৭ কী নবেম্বরগী তারিখ ৬ তগীনা মণিপুরদা মপুংফাবা দায়িত্বশীল শাসন লিংখৎনবা অমদি মীয়াম্না য়াবা লাংদাই সরকার লিংখৎনবা দাবী তৌদুনা থা অদুগী তারিখ ২৬ ফাওবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন অমা তৌখি।

(১০) খৃঃ ১৯৪৮গী এপ্রিলদা ভারতকী মনুংদা ইহান হানবা ওইনা মণিপুরদা আইনসভা (বিধান সভা) গী মীখন অদু সাবালক ওইবী নুপী নুপাশিংনা ভোট থাদদুনা খনবগী থৌরম পাংথোকখি। চহি অদুগী ওক্টোবর ১৮ দা আইন সভাগী ইহান হানবা মীফম ফমখি।

(১১) খৃঃ ১৯৪৯ গী সেপ্টেবর ২১ দা শিলংদা, মণিপুরগী নিংথৌ বোধচন্দ্রনা "মণিপুর মর্জর" (মণিপুর ভারত্তা পুমলুপ লুপশিনবা) কৌবা য়ান্নচে অমদা সহি তৌখি। মদুগী মতুংইন্না নিংথৌগী শাসনগী শক্তী পুন্নমক ভারত দোমিনিয়ন্দা পীথোকখি, মীয়াম্না খনবা আইনসভা মন্ত্রিমণ্ডলগা কোন্ননা পুম্মুৎ মুখৎখি অমদি মণিপুর ভারতকী পার্ট সি ষ্টেট ওইখি।

# মণিপুর মর্জর এগ্রিমেন্ট, ১৯৪৯

## (মণিপুরনা ভারত্তা পুংলুপ লুপশিনখিবগী য়ান্নচে)

ব্রাহৌদোক — মণিপুরগী (হিজ হায়নেস) শ্রীযুৎ মহারাজগা গর্বনর জেনেরেলগা ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বর থাগী কুনমথোইশুবা নুমিত্তা য়ানখিবা।

মণিপুর ষ্টেটকী অমদি ভারত দোমিনিয়নগী খ্বাইদগী হেনবা স্বার্থদা হায়রিবা ষ্টেট অসি দোমিনিয়ন সরকার অসিনা লৌশিনবা নত্রগা মসিগী মখাদা থম্বা অসি পামলে —

মখাগী অসুন্না য়ান্নরে ঃ

আর্তিকল ১ বা) — মণিপুরগী শ্রীযুৎ মহারাজনা ষ্টেট অসিগী সরকার অমদি মসিগা মরী লৈননা দোমিনিয়ন সরকারদা মপুংফাবা অমদি চপচাবা কর্ত্তপক্ষ, জুরিসদিক্সন অমদি শক্তিশিং পীরবনি অমদি ষ্টেট অসিগী শাসন অদু ১৯৪৯ ওক্টোবরগী তারিখ ১৫ দা (মতুংদদি মসি 'হায়রীবা নুমীৎ' হায়রগা খঙনরগনি) দোমিনিয়ন সরকারদা খুৎশিন্নবা মহারাজনা য়ারে।

হায়রিবা নুমীৎ অসিদগী হৌরদুনা দোমিনিয়ন সরকারনা হায়রিবা শক্তিশিং অদু

মসিনা মতিক চাই হায়না খনবা এজেন্সীগী থোঙদা অমদি মওংদা শীজিন্নবদা মতিক চারে।

আঃ ২ বা) — শ্রীযুৎ মহারাজনা ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা থৌওংশিং, চৎনবীশিং, কর্ম্মশিং অমদি শ্রাদ্ধনচিংবগী অমদি ষ্টেট অসিদা হায়রিবশিং অসিবু য়েংশিল্লিবা সংস্থানশিং অদুগী মথক্তদি য়ান্নচে অসি সহি তৌনরমদ্রবদি মহাক্না ফংলমগদৌবা মওংদা মশাগী অধিকারশিং, খুদোংচাবশিং, মানমর্যদা, মিংথোন অমদি শক্তিশিং অদু মখাতানা লৈখিগনি।

আঃ ৩ বা) — হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী হৌরদুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা ষ্টেট অসিগী খাজনাদগী মহাক্কী পুন্সি চুপ্পগী ওইনা মহাক্কী প্রাইবি পর্শ (শেনফম) ওইনা তেক্স পুন্নমক থিদনা, চহিগী ওইনা লুপা লাখ অহুমগী শেন ফংবগী অধিকার পীরে।

শেনফম অসি, রুলরগী মশাগী ষ্টাফ (থবক তৌবা কর্মচারীশিং) অমদি খুৎলাই পায়বা শস্ত্রিগী, মহাক্কী লৈফমশংগী শেম-শাবা ঙমননবা, লুহোং-কৈহোংবগী অমদি অতৈ কর্ম্মনচিংবগী শেনফম য়াওনা অমসুং ষ্টেট অসিগী খাজনাদগী য়ান্নচে অসি সহি তৌনবা নুমিৎ অদুমক্তদা রুলরগী মরী-মতাশিংনা ফংলম্বা এলাউরেন্স য়াওনা রুলর অমদি মহাক্কী ইমুং-মনুংগী চাদিং পুন্নমক য়াওহন্নবগী থাখলদা পীরবনি অদুগা করিগুম্বা মরম অমদগী য়েংদুনা শেনফম অসি হেনসু হেনগৎলোই, তাসু তাথরোই।

হায়রিবা লুপা লাখ অহুমগী শেনফম অসি শ্রীযুৎ মহারাজদা ভারত সরকারনা মাঙজৌননা কিস্তি মরিরক্তা শেনফং মান্ননা পীগনি — মওংদি ষ্টেটকী কচ্চরিদগী নত্রগা ভারত সরকারনা মমিং হায়রকপা য়াবা অতৈ কচ্চরিদগী থা অহুম-অহুমগী অহৌবদা মাঙজৌননা পীগনি।

আঃ ৪ বা — শ্রীযুৎ মহারাজনা য়ান্নচে অসি সহি তৌনবা নুমিত্তা (ষ্টেটকী সমপত্তিশিং অদু নত্তবা) মশাগী ওইবা লন্নাই সম্পত্তিশিং অদুগী মপুংফাবা মপু ওইবা, মদু শীজিন্নবা অমদি মপু ওইবগী অধিকার পিগনি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা দোমিনিয়ন সরকারদা ১৯৫০ গী জানুৱারি তারিখ অমগী মমাঙদা থাংদোক-থাংজিন য়াদবা সম্পতি সেক্যুরিতিশিং অমদি লন্নাই সম্পতি

ওইনা মশাগী শেনগী বেলেন্স পুন্নমক্কী ৱারোল য়াওবা চেৱোল অমা উৎকদবনি।

করিগুম্বা সম্পত্তিগী মখল অমা শ্রীযুৎ মহারাজগী লন্নাই ওইবা সম্পত্তিরা নত্রগা ষ্টেটকী সম্পত্তিরা হায়না য়েৎনবা অমা লাক্লবদি ৱাফম অদু হায় কোর্টকী জজ অমা ওইনা হাপ্পগী মগুন লৈরবা জুদিসিয়েল ওফিসার অমদা বিচার তৌহনগনি অদুগা ওফিসার অদুনা লেপ্পা রায় অদুনা নাকল অনিমক্তা অরোইবা অমদি চৎনগদৌবা ৱায়েল ওইগনি।

শিল্লোংদা লৈরিবা "রেদ্দ লেন্দস" অমদি "লেস চাত লাটেস" হায়না খঙনবা লৈফমশিং অদু শীজিন্নবদা শ্রীযুৎ মহারাজগী অধিকার লৈবগা লোইননা "মণিপুরী বস্তী" হায়না খঙনবা গৌহাতি সহরদা লৈরিবা সম্পতি অদু শীজিন্নবদা শ্রীযুৎ মহারাজগী অধিকার লৈবা অদুগীদি অমুক খন্নবগী ৱাফম লৈতে।

আঃ ৫ শুবা — ১৯৪৭ গী আগষ্ট তারিখ ১৫ গী হেক মমাঙদা, ষ্টেট অসিগী মনুংদা নত্রগা মপান্দা শ্রীযুৎকী ইমুং-মনুংগী মীশিংনা ফংলম্বা, লন্নাই আধিকারশিং, খুদোংচাবশিং, মান-মার্যদাশিং অমদি মিংথোনশিং অদু অদুম্মক ফংখিগনি।

আঃ ৬ শুবা — ষ্টেট অসিগী গাদি অদু আইন অমদি চৎনবিশিংগী মতুংইন্না মতুংদা ছত ফংহনগনি অমদি শ্রীযুৎ মহারাজগী লন্নাইগী (মশাগী ওইবা অধিকাবশিং, খুদোংচাবশিং, মানমর্যদা, মীংথোনশিং, ধর্ম্মগী পালন তৌফম থোকপশিং, চৎনবীশিং, উসব কর্ম্মশিং অমদি ষ্টেট অসিগী শ্রীযুৎ মহারাজনা থৌপুবা সংস্থানশিং অদুগী মথক্তা লৈবা শক্তি অদু শ্রীযুৎ মহারাজদা কায়দনা লৈহনগনি হায়না দোমিনিয়ন সরকারনা লেংদবা মওংদা শোইদবা ৱাশক পিরি।

আঃ ৭ শুবা — ষ্টেট অসিদা শ্রীযুৎ মহারাজগী শাসনগী মতম অদুগী মনুংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মহাক্কী মশাগী শক্তি নত্রগা (করিগুম্বা মওং অমদা) অতোপ্পা মওংদা করিগুম্বা অমা তৌখিবা নত্রগা মহাক্তা নত্রগা মহাক্কী শক্তি মখাদা তৌখিদবা অদুগীদমক শ্রীযুৎ মহারাজগী মথক্তা ভারত সরকারনা নত্রগা সরকাবগী শক্তি মখাদা তদস্ত অমত্তা লৌখৎপা তৌরোই অমদি মণিপুরদা লৈবা ৱায়েনশং অমত্তদা

কেস লৌখৎপা তৌবোই (য়াদে)

আঃ ৮ শুবা – (১) ভারত সরকারদা মণিপুরগী শাসন অদু খুৎশিন্নবগী তারিখ অদুগী মমাঙদা মণিপুরগী পব্লিক সার্বিশশিংদা লেংদবা মওংদা (পার্মানেন্ট ওইনা) থবক তৌরম্বা মীশিংগী থবক অদু মখোইনা হায়রিবা তারিখ অদুগী মমাংদা ফংলম্বা খুদোংচাবশিং অদুদগী হন্থহন্দবা মওংদা মখাচৎথবা য়াহনগনি নত্রগনা ভারত সরকারনা মতিক চাবা ক্ষতিপূরন পীগনি হায়না ভারত সরকারনা চেৎনা য়াশকলি।

(২) মণিপুর সরকারনা ভারত সরকারদা খুৎশিন্নগদৌরিবা তারিখ অদুগী মমাঙদা থবকতগী পোত্থাখ্রবা নৎত্রগা পোত্থারমদাইদা শেমশাবগী ছুতি (প্রিপরেতরি লিব) লৌখ্রবা ষ্টেট অসিগী কর্ম্মচারীশিংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা পেন্সন অমদি ছুতি লৌবগী তলব ফংহন্নবা য়াথং পীখিবা অদু ভারত সরকারনা শোইদনা মখা তানা চৎনহনখিগনি হায়না মখাতানা য়াশকলি।

(৩) পব্লিক সার্বিশশিংগী মখল-মখা অয়াম্বা শাখাশিংদা মণিপুরীশিংবু থবক হাপ্নবগীদমক ভারত সরকারনা মতিকচাবা নিয়মশিং শেম্বগী থবক লৌখৎকনি অদুগা মরম খুদিংদা মণিপুরীশিংবু থবকশিং (সার্বিশশিং) অদুদা য়াওনবা পুক্লিং থৌগৎলি হায়নসু খঙহনলি। মীয়ামগী শেনথুমগী, সমাজগী অমদি ধর্ম্মগী পুন্সিগা মরী লৈনবা ষ্টেট অসিদা চৎনরিবা মখল-মখা অয়াম্বা আইনশিং, চৎনবীশিং অমদি নিয়মশিং অদু মাঙহনদনবসু ভরত সরকারনা তৌগনি।

আঃ ৯শুবা – মণিপুরগী শাসন অসি ভারত সরকারদা খুৎশিন্নগদৌবা নুমীৎ অদুগী মমাঙদা ষ্টেট অসিগী কর্ম্মচারী অমা ওইনা মাগী মথৌ পাঙথোকপদা তৌখিবা থবক অদুগী নত্রগা তৌগে হায়না খল্লম্বা অদুগী মরমদা ভারত সরকারদগী মাঙজৌননা লৌবা হুকুম য়াওদনা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা চুন্নগী খৎন-চৈনবা নত্রগা মীহাৎ-মীপুনগী (ফৌজদারী) কেশ তৌবা য়ারোই।

হায়রিবশিং অসি চেৎশিন্না য়ারে হায়দুনা ভারত সরকারগী ষ্টেটশিংগী মন্ত্রালয়গী এদবাইজর, শ্রীবাপাল পানগুনি মেনোন্না ভারতকী গবর্নর জেনেরেলগী

মহুৎ শিন্দুনা অমদি মাগী শক্তি ফংদুনা সহি তৌরে অদুগা মণিপুরগী মহারাজ শ্রীযুৎ মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মহাক মশামক্কী, মাগী উত্তরধিকারীশিংগী অমদি মাগী মতুংদা নিংথৌ ওইহৌগদবশিংগী মহুৎ শিন্দুনা সহি তৌরবনি।

সহি/-
শ্রীপ্রকাশ, আসামগী গবর্নর
শিলোং, সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৯

সহি/-
বোধচন্দ্র সিংহ
মণিপুরগী মহারাজ

সহি/-
বাপাল পানগুনি মেনোন
ভারত সরকারগী ষ্টেটশিংগী মন্ত্রালয়গী এদভাইজর

— o —

## খৃঃ ১৯৪৭ মার্চ তারিক ১০ দা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা সনা কোনুংগী দরবার হোলদা লেংথোক্তুনা লাক্কদৌরিবা অনৌবা শাসনগী মরিদা লাউথোকখিবা সনা য়াথং –

ঐগী নুংশিরবা প্রজা পুমনমক,

স্বর্গীয় পাবুং মাহারাজনা শিন্নবিরমলবা পূন্যগী মশক ওইরবা প্রজাপালনগী ভার ঐনা পুরকপা চহি মঙা শুরকলে।

থুকতনিঙাই, মমদনিঙাই লৈত্রবা মতম অমা ওইখি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লানগী নুংশিহৈতবা পঙ্গেং য়ৌখ্রবনি। পঙ্গেং য়ৌরবা নুংশিহৈতবগী তমথিরবা কুম্মৈ মরক্তা মীনা লাম্বা ফংদ্রবা অৱাবা কয়া খাঙলক্লবনি। তাঙলবা প্রজা কয়া মাঙখ্রবনি। শ্রীগোবিন্দজীনা মখোয়বু স্বর্গদা লৈতানা লৈজবা পীনসনু। মপুনসি লোইনা পানজবা ঙমখিদ্রবা ঐগী নুংশিরবা প্রজাশিংগী তুংদা লৈহৌরবা মচা মশূশিংগীদমক ঐগী থম্মোয় কয়া কপখ্রবনি। হৌজিকসু অদু মঙায়, ঐগী পুনসি চুপ্পদা মখোয়গীদমক ৱারগদবনি।

তাঙ্গাদু "হিংদা হিংহৌরবদি" খন্নখ্রবনি। মীওইনা পোকপগী "নুংঙাইনা পানগে অমদি য়াইফগে হায়বা ৱাখলশিং" অদু মঙ হা দৌনা থোকখ্রবনি। হৌজিক্তি লানসু লোইরে। ঐখোয়সু হাইফেৎকী মখৈদি নে তাবগুম তৌরে। ঐখোয় পুমনমক য়াইফবা লম্বী য়েংবা য়ারকলে।

ঐগী সেকপিন মখাদা নুংঙাইনা, য়াইফনা, লৈতানা প্রজাশিংনা পানবা অসিতনি ঐনা নিংলিবা। অদুদগী হেনবা অমনা ঐনা প্রজাশিংবু শোয়দনবা, ঙামদনবা চিংবা মতুংইন্না অমদি তাকপা মওং ইন্না মতম মতমগী ইরাং পুমনমক লেংদবা ফিভমদা পানশিন্দুনা লৈতানা পানবাসিনি। ভারততা লৈরিবা নিংথৌপানবা লৈবাক পুমনমক্তা প্রজা অমসুং শাসন অনিবু নকশিনহন্নবগী মরমদা লৈরি

লৈরিবা শাসন্দা গণতন্ত্রগী মচাক চাইশিন্নরকপগা ঈরোইননা ঐগী প্রজাগা শাসনগা অনকপা মরী থমনবা হোৎনরে।

শাসন নিয়ম শেমননবা সভা অমা শেমলে। সভা অসিদা দরবার মেম্বর অনি, চীফ কোর্টকী জজ অমা, তোপনা প্রজাদগী হাপ্লা অমা, তমগী অখনবা মীকোক মঙা, চীংগা মীকোক মঙা, জিরিবামগী মীকোক অমা য়াওগনি। দরবারগী প্রেসিডেন্টনা সভাপতি ওইগনি, মাহাক্না সভাপতি ওইরিবসি দরবার প্রেসিডেন্ট ওইবগী নত্তে। সভা অসিনা শেমগদৌরিবা শাসন নিয়ম অসি দরবারগী মরোনগা লোয়ননা ঐগী ইখুৎতা লাক্কদবনি। অরোইবা ফিবম লাকপা অমদি তৌফম থোকপা পূমনমক ঐনা তৌগদবনি।

হন্দক শেমলিবা শাসন নিয়ম অসি ঐখোইগী লায়রোন্দগী চৎনরকলিবা ফিবমগা কায়নরোইদৌবা গণতন্ত্রগী তত্তনা ফিবম ওইগনি, হায়বদি, অরি অনৌ তাইশিন্দুনা লৈতাবা তুংগী ফিবম শেমগদৌবা গণতন্ত্রগী তত্তনা ফিবম ওইগনি, হায়বদি, অরি অনৌ তাইশিন্দুনা লৈতাবা তুংগী ফিবম শেমগদৌবা গণতন্ত্রগী তত্তশিং অদু লৌশিনগদবনি।

## হৌজিক্কী অমদি তুংগী ঐগী প্রজাশিংগী লমজিংলিবা পূমনমক,

প্রজাগী মনুংদা রাজনীতিগী জ্ঞানগী মঙান খর লাকপা উবসি ওপ্লোক্না নুংঙাইবনি।ঐখোইগী বংশ অসিগী শাখা অসিদা পোকলবা নিংথৌশিংগী মখাদা গণতন্ত্রনা ফিবম ওইবা শাসন্না পালন তৌবা য়াইফরবা, নুংঙাইরবা, লৈতারবা, অমদি চাওখৎপগী লম্বী য়েংলবা মণিপুর অমগী ব্রাখল তৌরুরগা অমুক হেন্না নুংঙাই। শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপাদগী অদুগুম্বা মণিপুর অদো ইশামক্না উজখিবা আশা তৌরি।

খল্লুবদা অৱাবগী মশকনি, ঐখোইগী জাতিয় ইতিহাসনা মনীং তমনা চেনজরম্বদগী থৈখিবা, মাদুগী ফলনা লায়রোনগী নিংথিজবা পূমনমক মমখিবা! হৌরকফম চাউই হায়দুনা নাপল তৌনরিবা জাতীশিংগী মনুংদা ঐখোয়সু চল্লিবনি। ঐখোইগী ইরন্নাই সংস্কৃতি লৈরিবনি, ঐখোয়গী ইরন্নাই সভ্যতা লৈরিবনি। মনীং তম্বা জাতীয় ইতিহাসনা ঈচেন থৈখিরমদবা থোকলবদি জগৎকী মমাঙদা মায়

পাকনা, ইরাই হায়গৎনা লেপ্পা গুম্মমগদবনি। ইচেন হান্নগী তৃখুন তারকপসু য়ারকই। মতম খর ঐখোয়না জ্ঞান মমলুবা থাদোকলসি।

ঐখোয়গী পোকনফম লমদম মণিপুর হায়বসি মানব জাতিগী চাউরবা ঈচেন অহুমগী নিংথিরবা ঈরোংনি। মাহাক্কী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা জগৎতগী তোপ তোপ লৈরিবনি। তোপ্পদনি, থাকতি খম থেংনা অরাংবদা হাইগৎলিবনি। ঐনা লাইবক য়ামনা ফবদগী পোকচরবা বংশ অসিনা কুপনা চোকশিন্না শেল্লদুনা, তুঙঙোইনহৌরবা চহি লিশিং অনি শন্না তাথ্রিবা মতমগী ব্লাওমন চল্লবা পল্লোন পল্লোননুংদা তপনা তপনা মতমগা ঈরোইননা মপূং মরৈ ফারকলবা ঐখোয়গী জাতিয় সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা হন্না য়েংসি।

মণিপুরী জাতিবু নুংশিশি,
জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংশি,
মতমনা য়ানরকলবা কুইনা খাংলকলবা শাসনবু থাজবা তমসি,
ঐখোয়গী খোঙথাং খুদিংদা ঈশাগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু
নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবা কাউগনুসি,
ঈশাদা মতম চূশিলহনসি, মতমদা ঈশা পূমহৈ হৈয়থগনুসি।

লায়রোন্দগী চৎনরক্রবা জাতীয়তাবু কায়হন্নবগী মশক ওইবা করিগুম্বা আদর্শনা – আদর্শ অদু ফনা নিংথিনা অফবা ওইনা উরবসু – মাদুনা ঐখোয়বু শুমহত্তবা ওইসনু। ঈশাগী নত্তবা পোৎনা কৈদৌনুংদা ঈশাদা চূনরোই।

নুংঙাইরবা, য়াইফরবা, লৈতানা পাল্লবা অমদি চাওখৎপগী লম্বীদা য়েংলবা ঐখোয়গী ভবিষ্যৎ জীবনগীদমক ঐনা শ্রীগোবিন্দজীদা প্রার্থনা তৌরি।

*য়াকোনুং,*

তাং ১০। ৩ । ৪৭ ইং।

*সহি*

বোধচন্দ্রসিংহ,

মণিপুরেশ্বর মাহারাজ।

# সত্যাগ্রহ বুলেটিন নং ৯

টরুণ প্রেস তাং ১৩। ১১। ৪৭ ইং

তাং ১১।১১।৪৭ ইংদা ফোর আসাম রায়ফলগী সিফাহীশিংনা চিফ মিনিষ্টারগী বাঙ্গালা, কাউন্সিল আফিস, রেভিনিউ আফিস অমসুং তহশীল আফিসশিংদা গার্ড তৌদুনা লৈরি। খব্বাইরম্বল বাজারদা গুণ্ডাশিংগী থবক ইরৈ লৈতরে। কৈথেন থুগাইবা লাক্লে হায়দুনা নত্তবা প্রচার তৌবা অদুদা দুকান্দার অমসুং অতৈ প্রজাশিংনা খংনরক্লদুনা কৈথেন্দগী মখোইবু তানখ্রে। য়ুম্নাম লৈকাইবু সত্যাগ্রহ নগর কৌনরে। সত্যাগ্রহ কেমকী এরিয়া অসিদা থাঙ্গৈশেংনা লানগী থৌরাং পুন্নমক শেম শাদুনা লৈরে। ঙরাংদি শিংজমৈ বাজারদা (১) শ্রীযুক্ত কৈশাম নারান ইম্ফাল পুলিশ ষ্টেসনগী অফিসার ইন চার্জ (২) কামিনি সিংহ এস আই (৩) খোগেন্দ্র সিংহ এস আই অমসু কনষ্টেবল অনিবু আই এন এ ভি সি কংগ্রেস ভলুনটিয়ারশিংনা ফাদুনা কেমপতা পুরকই। মাখোইনা দেওৱালী শানবা চাইখানবা থৌরাং তৌবদা কৈথেল কায়রে। কৈথেন্দা গোলমাল থোক্লে। প্রজানা মাখোয়বু থাদোক্লরোই হায়দুনা দাবী তৌই। ডিক্টেটর তোম্পোক সিংহনা মখোইবু থাদোক্লবা কন্না হায়জখি। মমৈথংদা ষ্টেটকী হোম মিনিষ্টর মেজর খথিং লাক্লুনা মাখোয়না লাঞ্জরে থাদোকপিরো হায়জবদগী মাখোয়বু থাদোকপিখি।

কোংবা স্কুলগী মনাক্তা লৈবা লম্পাক্তা, কংগ্রেসকী নেতা পুন্নমক সভাপতি তোম্পোকসিং, জেনেরেল সেক্রেটারীনচিংবা চত্নুনা কংগ্রেসনা লৌখৎলিবা সত্যাগ্রহ অন্দোলনগী মরিদা বক্তিতা পীনখি। ব্রাংখৈগী প্রজা পুন্নমকপু শেন্না নত্রগা পাঙ্গলনা মতেং পাংবিনবা আপিল তৌখি। শ্রীযুক্ত থোকচোম অঙৌসিংহনা "মহারাজনা হৌজিকপু ঐখোইগী দাবীশিং অসি পিবিদ্রবদি থুনমক আইন অমান্য অন্দোলন লৌখৎলগদবনি হায়দুনা লাওথোকখি।

তাং ৯।১১।৪৭ ইংদা শ্রীযুক্ত কৃষ্ণমোহনসিংহনা থৌবান্দা চত্নুনা শ্রীমেরাযাত্রা,

লাইশ্রম পাকানচিংবা মহারাজগী পার্টিগা শরৌ শিন্নদুনা থৌবাল এম ই স্কুলগী মনুংদা থোং লোনশিন্দুনা অরোনবা মিটিং অমা তৌই। মাদুদা, লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ক্ষতিপুরণগী মমিংদা প্রজা অন্দোলন থুগাইনবা লন্নাইগী প্রজা পুন্নমক খোমদুনা লাক্কনি হায়দুনা খুজিল তৌরমলে। হৌজিক্তি প্রজাশিংনা খংনরকতুনা মখোইগী থৌরাং পুন্নমক কাইরে।

ঙসি তাং ১৩।১১।৪৭ ইং অসি গোবর্দ্ধন পূজাগী অফিস পুমনমক ছুটিনি। থাঙমৈবন্দ মহারানী পুখ্রি মপান্দা অচৌবা কঙগ্রেসকী মিটিঙ অমা তৌই। শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারী ব্যাকরন তীর্থনা সভাপতি ওই। শ্রীযুক্ত চন্দ্রহাস সিঙহ মঃ ষ্টেঃ কঃ কী জেঃ সেঃ সভাপতি শ্রীতোম্পোকসিংহ রাজ কুমার মাইপাকসনা অমসুঙ ডাক্তর লৈরেননা সভা অদুদা ৱা ঙাঙবিখি। বক্তশিঙনা সত্যাগ্রহ অন্দোলোনসিগী উদেশ্য, প্রোগ্রাম অমসুঙ চৎলিবা অহিঙসাগী লম্বীনচিঙবা মরদি য়ামনা শেঙনা শন্দোকনা সভাদা হায়বিখি।

শ্রীযুক্ত চন্দ্রহাস সিঙহনা কঙগ্রেসকী তরফতগী আইন আমন্য অন্দোলোন লৌকৎলগনি হায়দুনা সভাদা লাওথোকখি। শ্রীযুক্ত তাম্পোকসিঙহনা ঙসি নিনি চুপনা কৃষ্ণমোহনগী দলগা ৱারি শানবগী ফল অদু সভাদা হায়রিখি। মন্ত্রি দলগা ৱা ঙাঙনবদা মন্ত্রিসভা অসি থুগাইরসি হায়বা মখোয়না হৌজিক ফাওবা য়াদ্রি।

শ্রীযুক্ত রাজকুমার মাইপাকস্না সিংহনা হাইখি - ঐখোইগী হন্দক্কী অন্দোলন অসি অহিংসাগী মপানতনা জয় ওইগদবনি। মসিদা শাওনিংবা, লম্মন খুম্বগী ৱা করিসু লৈতে। প্রজা পুন্নমকপু শান্তিগী লম্বীদা অমত্তা ওইবগী থৌরিনা পুন্দুনা অকনবা প্রজাশক্তি শাগৎকদবনি।

শ্রীযুক্ত ডাক্তর লৈরেন্না ঐখোইগী দাবী প্রজানা খঞ্জবা আইন সভা, লৌথোকপা অমসুং হাপ্পা ঙম্বা মন্ত্রিসভা অসিনচিংবা মরিদা য়াম্না নুঙাইবা ৱা ঙাংখি।

ঙসি তরেৎনি শুরবা ফাউবদা ষ্টেটকী কর্ম্মচারীশিংনা কংগ্রেসকী অন্দোলন্দা মতেং পাংব ওইনা সহানুভুটি উৎপিবগী সত্যাগ্রহীশিংনা অমসুং কংগ্রেস কর্ম্মী পুন্নমক্কা মখোইবু থাগৎনৈ।

মণিপুর ষ্টেট সরকারগী পব্লিসিটি অফিসারনা কংগ্রেসপু কম্যুনিষ্টশিংগা থবক তৌমিন্নে ১সুং আসাম রাইফলসদি করিসু শিজিন্নদে হায়বদু মিথ্যা প্রচারনি অমসুং

অরেম্বদা ঐখোইগী শেনবূ অরেম্বদা শিজিন্নরবনি।

তাং . .। ১১। ৪৭ ইংদা খোংমন প্রাইভেট স্কুলগী লমপাক্তা কংগ্রেসকী অচৌবা মিটিং অমা .. .মাইকৈগী প্রজাশিংনা সত্যাগ্রহ অন্দোলনবু সমর্থন তৌখি অমসুং হৌজিক্কী . . .তীব্রা নিন্দা তৌখি।

. . .দা পুলিশ লম্পাক্তা দমননীতিগী বিরুদ্ধদা প্রতিবাদ তৌনবা কংগ্রেশকী . . .দা কংগ্রেশকী সভাপতি, জেঃ সেঃ, শ্রীযুক্ত বুদ্ধিচন্দ্রসিং, ডাক্তর লৈরেন্নচিংব . . .প্রোগ্রাম, উদেশ্যগী মরমদা ৱা ঙাংবিখি। সভা অসিদা ষ্টেট পোলিশনা সত্যাগ্রহীশিংদা নোংমৈ গুলিনা কাপ্লা অমসুঙ প্রজাগী অন্দোলনবু নমথনবা শীল্লিবা থৌরাঙবু নিন্দা তৌদুনা ৱারেপ তাখি। কঙগ্রেসকী তরফতগী শ্রীযুক্ত চন্দ্রহাস সিঙহনা গুণ্ডাশিঙগী থবক্তা লৈবাক্তা ঈরাঙ তৌরিবসি কোক্লবা অস্থায়ী সরকার (Provisional Government) অমা থুনা লিঙখৎলগনি হায়না সভাদা লাওথোকপিখি।

নুমিৎ অসিমক্তদা পুখাও লাইফমদা শ্রীযুক্ত অঙৌসিংহ অমসুং শ্রীযুক্ত গীরি সিঙহ কঙগ্রেসকী অথোইবা কর্ম্মীশিংগা লোইননা অতোপ্পা প্রভিবাদ সভা অমগা তৌখি। মাদুসু পুলিসনা হন্দকী অন্দোলন্দা নোঙমৈ কাপপা অমসুঙ আসাম রায়ফলস শীজিন্নবদু প্রতিবাদ তৌদুনা ৱারেপ তাখি অদুগা প্রজাশাসন ফঙননবগী সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌরিবা অসিবু পুর্ণসমর্থন তৌখি।

*তাং ১৫। ১১। ৪৭ ইং* *পব্লিসিটি ডিপারমেণ্ট,*

**সত্যাগ্রহ কাউনসিল ওফ একসন**

# সত্যাগ্রহ বুলেটিন নং - ১১

## আইন অমান্য অন্দোলন হৌরে

তাং ১৭/১১/৪৭ ইং

ষ্টেট আফিস অমসুং লৌরুংসংদা পিকেটিঙ য়ামনা কন্না তৌরি। সত্যগ্রহীশিংবু নেৎতুনা পুলিস অমসুং ষ্টেট কর্ম্মচারি খরা আফিস মনুংদা চংখি। পুং অমরোম তাবদা ছাত্র ছাত্রিশিংনা মচু অহুমগী ফিরাল পায়দুনা ষ্টেট কাউনসিলদা ফিরাল য়ুংগনি হায়দুনা চৎলি। ফোর আসাম রাইফলগী সিপাহিশিংনা য়ামনা কন্না থিংই। ছাত্রশিংনা থোং নমখাইদুনা চংগে তৌবদা ডিক্টেটর তোম্পোকসিংহনা খামবদগী তোকখি.

আইন অমান্য অন্দোলন হৌরে। লমলোংগৈ ফোরেষ্ট রিজার্ভদগী উশোই উ য়াল্লি। উ তুরকপদ ভলুনটিয়ার শিঙনা বন্দে মাতরম লাওই প্রজাশিঙ অমসুং কঙগ্রেস ভলুনটিয়ারশিঙ য়ামনা উৎসাহগা লোইননা তৌগদবা মথৌ পাঙথোকলি। পোলিস লোরি অমা লমলোঙ বাজারদা কৈথেল নুপী অমসুঙ প্রজাশিঙনা ফাদুনা থমই। মহারাজগী মী খর অমসুঙ গুণ্ডা খরবুসু ব্রা হঙনবগীদমক মতম খর ফাদুনা থনমই। মখোইবু বক্তৃতা পিদুনা জ্ঞান তাহললবা মতুঙদা থাদোকপিখি। মমাঙদা আসাম রাইফলগী সিপাহী গারী মপোৎ অমা এস, পিগা লোয়ননা লাকই, মদুসু প্রজাশিঙনা চংহনখিদে।

ক্ষতিপূরণ য়েনবা অমসুং প্রাইমারী স্কুলগী অঙাংশিংগী পরিক্ষা করি অমতা কাইদনা শিললি। অঙাংশিংগী পরিক্ষা লোইদ্রিবা ফাওবদি এডুকেসন আফিস পিকেটিং তৌরোই

নিংথৌকাবা নুমিৎ অসি ময়াং ইম্ফালগী পৰ্ব্ব ওইনা তৌখ্রে। ময়াংইম্ফালগী প্রজাশিংনা তাহশীল অফিস পিকেটিং তৌই। নুংথিল পুং অনি তাবা মতমদা পোলিস গারী ২ লাকতুনা সত্যগ্রহীশিংবু য়ৈরে। শ্রীযুক্ত শগোলসেম ইমুযাত্র

পোলিসগী চৈনা খৌরিদা থিন্দুনা য়ামনা থীনা শোকলে অমসুং স্বর হোনবা ৱানা থোকলে। শ্রীনাওরেম রাজবাপূ কর্কচিং ভদ্রলোক অসিবু লাপনা থাংদোকলগা পোলিস ২।৩ না মখোং মখুৎ ফারগা পোলিস অমনা কাখৎতুনানেৎতুনা থমই। পাঙল সিপাইদা লৈবা শ্রীযুক্ত লোংজম যোগেস্বরশিংগী খৱাংদা আসাম রাইফলগী সিপাহীনা নোংমৈ গুগুনা থিল্লি ওইনাম হুইদ্রোমদা লৈবা শ্রীযুক্ত গুরুময়ুম সংকৃতন শর্ম্মগী ফৈগনদা আসাম রাইফলগী সিপাহীনা খোংউপ বুটনা কাওই পাঙল সিপাইদা লৈবা য়ুমনাম কনহাইগী ফৈগন্দা খোংউপ বুটনা নেৎতুনা শোকলে। নিংথৌজম গুলামজাং মখোং য়েৎথংবদা খরা শোকই।

ময়াং ইম্ফাল তহশীল আফিস পিকেটিং তৌবদা ইমা ইবেলশিং য়ামনা য়াওবীখি। শ্রীমতি নিংথৌজম তৈমরেম্বী দেবী শ্রীমতি সিনাম চাওবীয়াইমা দেবী মমা মচা নিংথৌজম তোনসিজদেবী শ্রীমতি কোকঙাংবী দেবীনা মরু ওইনা য়াওবিখি

রাজকুমার মাইপাকসনা গুগু পার্টিনা ফারুবদগী থাদোরক্লে। তাং ১৮।১১।৪৭ ইংদগী আফিস পিকেটিং অয়ুক গুস্তাদগী হৌই।

T.P.W. পব্লিসিটি ডিপার্টমেণ্ট কাউনসিল ওফ এক্সন

## সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ একসনগী

# ডিক্টেটরনা প্রজাদা তৌজবা আপীল

মণিপুর ষ্টেট সরকারনা ইনসিন্দুনা পুলিসনা হিংসা য়াওজদবা সত্যাগ্রহীশিংদা চৈনা য়ৈদুনা মকোক থুগাই অমসুঙ মীবু শিবা য়ানবা ফুই। তাং ১৮।১১।৪৭ ইংদা ষ্টেট অফিসকী গেটতা সত্যাগ্রহী অমসুং ভলন্টিয়ারশিংবু য়াম্না তমথিনা অত্যাচার তৌই। য়াম্না থিনা শোক্লবা সত্যাগ্রহীশিংনা সত্যাগ্রহ হাসপিতালদা দেশকী সেবাগী দমক চৈনাখোন্না থরো থরো ওন্দুনা অৱাবা খাংদুনা লৈরি।

হৌজিক মণিপুরগী ষ্টেট সরকার অসি প্রজাবু নৈবা অমসুং লাক্লবা নত্তনা শাসনগী মওং চুম্না তৌদ্রে। মসিদি গুণ্ডাগী মখুৎতা নংজরো হায়দুনা মণিপুরগী মহারাজনা শিনবনি। অসিগুম্বা শাসন অসি প্রজানা পামদ্রবনিনা হৌজিক্কী সরকার অসিদা করিগুম্বা খাজানা অমতা পিফম থোকত্রে। মরম অসিনা হৌজিক্তগী হৌনা দেশ বাসী পুম্নমক্না হৌজিক্কী ষ্টেট সরকার অসিগা মরী লৈনবিরগনু। আইন অমান্য তৌবগী মওঙ ওইনা ষ্টেটনা রিজার্ভ তৌবা চীং অমসুং তমদগী উ ৱা অমসুং শিং য়ানগদবনি, ই শিঙুৎ ফানগনি অমসুং পাত্তগী ঙা ফাগনি।

প্রজাবু নৈবা ষ্টেট সরকার অসিদা লৌ ইংখোলগী খাজনা, সাইকল খাজানা, হরাওকুম্মৈগী (সিনেমা থিয়েটারসকী) খাজানা, মাসুল, ইনকম টেক্সনচিংবা খাজানা পুম্নমক অমতা থিবিদনবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অমসুং সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ একসনগী তরফতগী ওইনা মণিপুরগী দেশবাসী পুম্নমক্তা আপীল তৌজরি। খাজনা থৌবা লাকপা মীগা বেরা  বেরী তৌনদনা মখোইবু চঙহনবীগনু অমসুঙ চৎহনবিখো।

হৌজিকমক ষ্টেট সরকার অসি লৈবাক্কী মাঙননবা তৌবা অমসুঙ মহারাজগী মসাগী ওইজবতা ময়েঙবা প্রজাগী য়েঙবিদবা শাসন ওইবনিনা হৌজিমক ষ্টেট কাউন্সিল অসি থুগাইদুনা প্রজানা য়াব অনৌবা কাউন্সিল অমা হৌজিকমক শেমদ্রবদি মণিপুর অসি অৱাবা ফিভমদা লৈবা তারে। সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ

হাপচিনবা - ৪

একসননা থম্মোইগী আপীল তৌজরিবা অসি লৈবাক্কা য়াম্না থুনা তাবিগনি হাইনা নিংঙৈজে। তাঙ ১৯।১১।৪৭ ইঙ -

*লৈবাক্কী মনাই, ডিরেক্টর তোম্পোকসিং*

**সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ একসন**

# সত্যাগ্রহ বুলেটিন নং ১২

১৮।১১।৪৭ ইং ঙসিদি ষ্টেট পুলিসনা অয়ুক ঙন্তাদগী হৌনা সত্যাগ্রহীশিংবু ষ্টেট কাউন্সিল আফিস অমসুং রেভিনিউ আফিস মমাংদা পিকেটিং তৌবদগী হন্না হন্না থাংদোক্কুনা ষ্টেট সরকার লৈরি হায়বদু উৎননবা হোৎনখি। কাউন্সিল আফিস মমাংদা সত্যাগ্রহীশিংনা পুলিশনা লম চাউনা কোইশিল্লকপা অদু (পোলিশ কোর্ডন) থুগাইদুনা গেটতা চংশিনবা কান্দা পুলিশনা লাঠি (চৈতুপ) পাইদুনা সত্যাগ্রহীশিংবু য়াম্না নুংশি হৈতনা মকোক্তা থাদুনা থীনা শোকপা য়াওরে।

**অশোকপা মীগী মশিঙ**

১। শ্রীথাইদেম গৌর ২। এস ইবোরে শর্ম্মা ৩। কে লালা শর্ম্মা ৪। শ্রীলাইশ্রম কাহুইসিং ৫। চুংখাম মতুমসিংহ ৬। ইবোমচা ৭। সেরাম সামু ৮। ক্ষেত্রিময়ুম কোন্দুম ৯। লোইতোংবম তোম্বী ১০। তেনসুবম কৈনা দেবী।

ডাক্তরগী রিপোর্ট মতুং ইন্না শোকলিবশিং অসি পুলিশনা লাঠী-চার্জ তৌবা, ফুবা ইনবা ১সুং খোংউপ বুটনা কাউদুনা তৌবনি। শ্রীযুক্ত নারানসিংহ, খোগেন্দ্রসিং, তোমচৌ যাদুমনি সিং এস, আই মরি অসিনা মরু ওইনা চোংথোক্কুনা থবক তৌখি।

তোপ খোংনাংখোং ইরিল তুরেল মপান্দা প্রজাশিংনা ষ্টেট সরকারগী রিজার্ভ ওইনা থমলিবা ব্লাপন কয়া কয়াদগী ব্লা য়ান্দুনা আইন অমান্য অন্দোলন তৌখ্রে।

ময়াং ইম্ফাল তহশিল আফিস মমাংদা কংগ্রেস স্বেচ্ছাসেবকশিংনা য়াম্না ইংনা পিকেটিং তৌখি।

তাং ১৯। ১১। ৪৭ ইং :— অয়ুক্তগীনা ষ্টেট কাউন্সিল আফিস অমসুং রেভিনিয়ু আফিশতা পিকেটিং তৌবা হৌই। অহানবদা পুলিশনা কাউন্সিল অফিসকী মখা থংবা গেটতগী পোলিশ ষ্টেসনগী গেট ফাওবা পোলিশনা কোইদুনা লৈখ্রবদা সত্যাগ্রহী অমসুং কংগ্রেশ ভলুন্টিয়ারশিংনা পোলিশনা ঙাকলিবা অদুবু নমখাইদুনা চংই। মাদুদা তমথিরবা পোলিশশিংনা শান্তিপুর্ণ ওইরবা ভলুন্টিয়ারশিংগী মথক্তা

চৈনা ফুখি, মাদুদা শোকপা মীগী মমিং :– ১। এন, লালা (ময়েংবম লৈকাই) ২। এন, তোমানসিং (কোইরৌ) ৩। এস, কামো (কিয়ামগৈ)। নম্বর ওয়ানগী ভদ্রলোক অসি পোলিশনা চিনবান মখাথংবদা ফূদুনা ময়া অহুম তেকলে। মসিদা নত্তনা সত্যাগ্রহীশিংবুসু পোলিশনা হঙ্গৎ হন্দা চিংবদা মশা য়াননা শোকপা য়াওরে।

ঙসি ভলুন্টিয়ার কর্ম্মী অমসুং নুপী অঙাং পুন্নমক পোলিশকী অত্যাচার উবদগী অমুক হেন্না থরাই য়াওখৎলক্লে অমসুং মীশিং য়ান্না হেনগৎলক্লে, প্রজা শক্তিগী চপচাবা পাঙ্গল উংলে।

মণিপুরদা হৌজিক ষ্টেট পোলিশকী করিগুম্বা মপাঙ্গল অমত্তা লৈতরে। আউত পোষ্টতা লৈরমবা পোলিশ পুন্নমক শান্তি রক্ষা তৌবা ঙমদ্রদুনা ইম্ফালদা লোইনা চেনখৎলক্লে। লৈবাককী শান্তি থম্নবগীদমক ডোমিনিয়ন সরকারনা আসাম রাইফল শিজিন্নদুনা মণিপুর ষ্টেটকী শান্তি রক্ষা থম্নবগীদমক ভার পুন্নমক লৌখ্রে। ষ্টেটকী আফিশ অমসুং তহশীল আফিশ পুন্নমক আসাম রাইফলনা ঙাকখ্রে।

সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ একসনগী ডিক্টেক্তরনা চপ চানা মণিপুর শিনবা থুংনা আইন অমান্য আন্দলন (ষ্টেট সরকারগী আইন থুগাইবা) লৌখৎনবা আপীল তৌখ্রে। ইরিল মপান্দা লৈবা ষ্টেটনা রিজার্ভ তৌদুনা থমলিবা রাপলশিংদগী রা য়ানবা ঙরাং হৌখিবা অদু ঙসিদি য়াম্না মপুং ফানা পাঙথোক্লে। ষ্টেটকী কর্ম্মচারীশিঙ অমসুঙ পোলিশনা থবক থাদোক্তুনা অসহযোগ আন্দলনগী প্রোগ্রাম মপুঙ ফানবা শিল্লি। শিঙজমৈ বাজারদা ষ্টেটকী কর্ম্মচারীশিঙনা পোৎ, চৈ লৈরবা মতমদা পিদবা হায়না বাজার বোর্দনা লেপনদুনা থবক হৌখ্রে। ময়াঙ ইম্ফাল তহশীল আফিশতা পিকেটিঙ তৌবা য়াম্না মহৈ য়ানখি। নুমিৎ চুপপা আফিস অদু থিঙদুনা থমখ্রে।

| | |
|---|---|
| তরুণ প্রেস | পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ট |
| তাং ২০।১১।৪৭ | সত্যাগ্রহ কাউনসিল ওফ এক্সন। |

# সত্যাগ্রহ বুলেটিন। নং ১৩

২০। ১১। ৪৭ ইং – ঙসিদি আফিস পুম্নমক ছুটি ওইরদুনা আইন অমান্য অন্দোলনগী প্রোগ্রাম নিংথিনা লৌখৎপা ঙম্নরে। লমলোংগৈ ফোরেষ্ট রিজার্ভিতগী উসোই উ গাড়ী মপোৎ মপোৎ য়ানদুনা পুরকলে। লম অদুগী প্রজাশিংবু ষ্টেটকী রিজার্ভিতা চংদুনা য়াম্না থরাই য়াওনা উ য়ানবা হৌখরে।

ঙারিয়ান চিংদা লৈবা ব্লারোক কৌবা মফমদুদা নিংথৌগী ব্লায়োক লৈবা অদুদসু কংগ্রেস ভলুনটিয়ারশিংনা রা য়াম্না য়ানদুনা পুরক্লে।

তাখোক, লৌমানবী অমসুং যূবারাজ লৌকোনগী খোংলমদা পাৎচাবা অদু থুগাইদুনা প্রজানা ঙা ফানরে।

লম্লাই য়াইঙং ইংখোল খ্বালতাবীনচিংবা মফমদা সত্যাগ্রহী অমসুং কংগ্রেস ভলুনটিয়ারনা শিং য়ানদুনা পুরকই। খুরাই কেমপকী ভলুনটিয়ারশিংনা শিং য়াল্লিঙৈদা ফোরেষ্ট রিজার্ভতা লৈব গার্ডশিংনা নোংমৈ পাইদুনা লাকই প্রজা ময়াম্না থেমজিনদুনা মতুঙদদি মখোই অদুসু চৎখ্রে। শাওস্কুঙদা লৈবা মাশুলগী গেট অদুসু থুগাইরে।

শিঙজমৈ বাজার বোর্ডনা ষ্টেট সরকারগা মরি থম্লিবা কাঙবুগী ইমুঙ মনুঙদা চান থক্লবা পোৎ লৈবা পীদ্রে। হোটেল অমসুঙ দুকান্নচিঙবা চঙফম খুদিঙমক্তা "কর্ম্মচারী অমত্তা পোৎ লৈবা পীরোই" হায়দুনা নোটিশ তৌনখ্রে।

পব্লিসিটি ডিপার্টমেণ্ট –

সত্যাগ্রহ কাউনসিল ওফ একসন। তঃপ্রেঃ

# মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী
# সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ এক্সনন্না
# প্রজাদা লাউথোকচবা

## প্রজাগী দাবী ফংলে,
## সত্যাগ্রহ অন্দোলন লেপ্লে

তাং২৩।১১।৪৭ ইংদা নোংমাইজিং নুমিত্তা মপান কাংজৈবুংদা মনিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা য়াথং ওইনা চীফ মিনিষ্টারনা ১৯৪৮ ইংগী এপ্রিলদগী পুর্ণ দায়িত্বশীল শাসন লিংলগনি হায়না লাওথোকপিখ্রে। মসিগী মরিদা ডোমিনিয়ন এজেন্টগা উন্নদুনা মরম পুন্নমক শেংদোক্লবদা প্রজাগী শাসন লিংখৎপদা অপনবা লৈররোই হায়না খংহনবিরে। মরম অসিনা তাং ২৬।১১।৪৭ ইংগী অহিং পুং ৯ দগী সত্যাগ্রহ লেপলে।তাং ২৮।১১।৪৭ ইং ইরাই নুমিত্তা নুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা মপান কাংজৈবুংদা প্রজা শাসন ফংবগী মরমদা অচৌবা সভা অমা ফমগনি। লৈবাক্কী ভদ্রলোক অমসুং ভদ্রমহিলা পুন্নমক লেংবিরক্লবা নিংশিংজরি। ইতি।



ইম্ফাল
তাং ২৭।১১।৪৭ ইং

লৈবাক্কী ননাই,
শ্রীতোম্পোকসিংহ
ডিক্টেটর, সত্যাগ্রহ কাউন্সিল
ওফ একসন।

T.P.W.



রাজকুমার মাইপাকসনা খৃঃ কুম ১৯২৪ গী ওক্টোবর তাং ১১ থাংজ নুংমৈত্তা শীং জমে মথক চোংথাম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকখি। ১৯৫০ দা কলকতা য়ুনিভরসিতি দগী বী.এ. পাস তৌখি। ১৯৪৫ দগী ১৯৫৩ ফাওবা রাজনীতিগী লমদা তোঙান তোঙানবা থবক তৌরম্মী। ১৯৪৯ গী নবেম্বর তাং ১ দগী মনিপুরগী ইহান হানবা পব্লিসিটি ওফিসার ওইখি। সমাজগী থবক্লা হেন্না পামজবদগী ডিসেম্বরগী তাং ৪ দা থবক অদু থাদোকখি। "প্রজাতন্ত্র" গী অহানবা ইদিত্তর ওইখিবগা লোয়ননা নুংত্তিগী ফোঙবা চেফোঙ "জন্মভূমী" গী ইদিতরসু ওইরম্মী। মনিপুরগী মপান্দা ফোঙবা পাউ-চেশিং—হিন্দুস্থান ষ্টেন্দর, অসাম ত্রিব্যুন অমসুং শিলং তাইমস কী কোরেসপোন্দেন্ট ওইরম্মী। ওঋা ওইনসু স্কুল কয়ামকমদা থবক তৌখি। ১৯৫২ দা মনিপুর ইলেকতোরেল কোলেজগী মেম্বর অমা ওইনা মীখলদা কাখী। অকাসবাণী ইম্ফাল হেক লৈবদগী হৌনা ঈ-পউগী খীভাগতা থবক চঙখি। অকাসবানী ইম্ফালগী "মতমগী রাফম" দা মতম মতমগী ওইবা রাফম কয়া মরিক চুম্না নৈনখি। ১৯৯২ দা মনিপুব সরকারনা "ষ্টেট জরনেলিষ্ট এবারড" পীদুনা ইকায় খুম্নখি। মৈতৈলোন অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা থিজিনবদসু যাম্না থরায় লাওবা মীশক অমা ওইখি। পুন্সীগী অরোয়বা শরুকতা লমদম অসিদা ফোঙবা পাউ-চে কয়াগী "ফ্রি-লান্স জরনেলিষ্ট" ওইরম্মী। ১৯৯৩ গী ওক্টোবর তাং ১৮ দা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।